# খুম্নন শৈরোল

( পেনা অশৈবশিংদগী খোমজিনবা )

অকোংবা
ইঃ উঃ এলঃ এঃ

অকোংব— ইউঃ এলঃ এঃ

অহানবা থুংলম

মার্চ ৩১, ১৯৮০

কোপি ৫০০

ফংকম— ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিং

---

কেঃ ধীরেন জেনেরেল সেক্রেটারি ইউঃ এলঃ এঃ না খোংনাংথাবা প্রেস,
নমথোংবা, নমগা পুথোকপা।

# ৱাহৌদোক

হৌখিবা চহি অহুম অসিদা মোইরাং কংলৈরোল, মীতৈ কংলৈরোল অমসুং নিংথৌরোল হায়বা পরিং অসিগী চাংয়েংদা মনিপুরগী কাংচিন কোয়াদগী শরাইরবা অশৈবা কয়ামুক্তা শরুক য়াহুনা চখররি। অশৈবশিংনা নাৎ-পুদিন, লাইনিং-লাইশোল, চৎনব-লোনচৎ, পুবারীনচিংবা কয়াগী মরমদা মরুওইবা ৱাখলগী পরিং অমা নৌহৌননা শরুকনা তাহনরে।

৪— খুমন কংলৈরোল— হন্দক অমুক ঐখোয়না খুমন কংলৈরোলগী মরমদা লৌখৎচরিনা অয়াম্বা অশৈবশিংনা ভুমি ফাওবদা কংলৈরোলশিংগী মরমদা তশেংনা মশক নাইনা মাঙোবতা, শঙ্গোইদা মীয়াম্না য়াম্না পায়না কৌনহুনা তাখিবা থেংনদ্রি হায়বা য়াই, খর নত্তনা। অদুবু খুমন হায়না খঙনবা মীতৈগী লমগা তোংনু-তিনশিনখৎলবা মুংশিজরবা লমদম অসিগীসু লৈজরম্মী নিংথৌরেল কয়া, মখোয়গী ৱারী, পুৱারী, চৎনব-লোনচৎ, মরুবাকীদমক মথৌনা-মতিক কুদোলক্কা, মুংশিবগী ভমথৈ য়োরবা কয়াগী ৱারী, লাইনিং-লাইশোন, চৎনবী কয়া। হৌরকখ্রেদগী, হংলকখ্রেদগী কংলৈগা চারো-মৌকোনবা, ভাই-শেন ওইনবা কংলৈগী ৱারীদা খুমনগী ৱা, মোইরাংদা কংলৈগী, খুমনদসু কংলৈগী, মোইরাংগী ৱা তশেংনা লৈরমদবা, য়েৎশিন্নদবা য়াওরমদে। কংলৈ, মোইরাং, খুমন কয়া অসিনা ঐখোয়গী

ঙসিগী লৈবাক অসি ওইহল্লকই। লোন্দা- ন্দাগী মতাংদসু খুমনগী, মোইরাংগী, কংলৈগী লোল কয়া অসিনা মৈতলোল ওইখিবগী অচৌবা মরম অমা ওই।

পিল্লবসু পিল্লা, মন্ন, মইহ, মনা শুনা পানবগুম খুমনগী রারী-দসু চপ চানা হুংশিবগী অয়োবা থাক্কী রারী, মতিক-মথৌনা লৈবা কয়ানা ঙমখৈগী রাথোক কয়া চপ চানা লৈখি। অদুবু ঙসি ফাঙবদা পেনা চৈজিংশুবা অশৈবশিংনা চুম্নগী মীচমগী পুন্সি, রারী কয়া শকপা-শোনবা থেংনদ্রি। তশেংনা মতেং পাংবা লমচৎ নত্তনা।

চুম্নগী শক্তনা চহি অহুম পেনা তাখিবা অসিদা মনিপুরদা পেনাগী লমদা মশক নাইবা ওজা কয়া পুথোক্তনা মীয়ামগা শকখং-নহনবা; কাওক্লরবা ঐখোয়গী মীহোৌরোলগী থানবা য়াদ্রবা, লাইনিং-লাইশোলগী লমদা শাগোন্নহনা লাক্লবা পেনা ঐখোয় ঙসি ফাওবা নিংশিংলি।

ঐখোয়গী হন্দক্কী পেনা কুমৈ অসিদা শক্কদবা রারী কয়া নম-থোক্লগা ফোংবা অসিনসু পুদিনগী লমদা অনৌবা খুদোল অমা তমজবা ওয়ে। অসিগুম্বা কুম্ম অসি মশক নাইবা থিজিনবা কনবা, হোৎ ননিংবা ওজা থরগী খুদোলনি।

শক্কদবা ঈশৈগী পরিং নমথোক্লগা নৈনবা হায়বসিনা রারীগী লিয়াং চুম্না পুথোকপদা নত্তনা চৈজিং শুবা অশৈবশিংগী মরক্তসু ওজা

অমগা অমগা রারী পুথোক্লহনা মইহ হেন্না হৈহন্নবগী তাঞ্জা অম-সুনি হায়না লৌবা য়াই। অহুগা অতোপ্পা অমনা অইবা ওইনা পিরগা মহুবু পেনাগী খুৎকৎকা চানবা খোৌল্ল খোন্দাদা পুথোক্তনা শকপা য়াবগী তাঞ্জা ঐখোয়গী ফংলে। অহুম্না তৌরবদি ঐখোয়

লৈজরিবা মুংশিজরবা ৱারী; কয়া পেনাদা পান্দুনা শকপা য়ারে। ইবা পামজবা কাংবুগা শকপা শোনবা পামজবা কাংবুগা পুন্না চৎমিন্নবা য়াবগী খুদোং চাবা অমসু কংলে হায়না লৌবা য়াই।

করিগুম্বা পেনা তক্ষমশঙ অমা লিংখৎপা তারবসু ঐখোয়না হোৎনজরিবা অসিনা করিগুম্বা খরদি শোয়দনা মতেঙ পাংবা ঙম্নগনি হায়বসি ঐখোয়গী থাজবনি।

হন্দক্কী অইবা পিরগা পেনা শকপা হায়বসিদা অয়াম্বা ঈশৈ শকপনা শরুক য়াম্না য়াবগী খুদোং চাবত্থ লৌবীখিদ্রে অহুবু হোৎন-নংবা ওজা খরদংনা হোৎনবীহুনা পুথোকপিরকই। মসিগী হৈনবী অসি পেনা শকপা ওজা খরদা লৈরিমখৈদি ঐখোয়গী পেনা লনগৈদি চোম্না লৈখিগনি।

মথং কুমজাদা ঐখোয়না লৌখৎচগনি 'লৈরোল' ঐখোয়গী লমগী; লমগী মমিং থোনবদা লৈগী মমিং থোনবদা, পোৎ অমগী মমিং থোন-বদা মরি লৈনবা ৱারী কয়া ঐখোয়না ইতৎ-তত্তনা তাবা থেংন-বসি মালেম অসিদা মীতৈশিংতগী ওইবা তোপ-তোপ্পা মশক অমসুনি। মসিদসু অশৈবা অমসুং অইবা কয়ানা শরুক য়াবিগনি হায়না থাজজে।



শ্রীচুংথাম ওঝা মনিক

# মীতৈরেবাক মনিক পেনা কুম্মৈ

ঙসি Universal Literary Association না পাঙথোকচরিবা মীতৈরেবাক মনিক পেনা কুম্মৈ অসি ইংশোক ১৯৭৫ দগী ১৯৭৭ ইং ফাওবা মনিক সনা তাঙ্গমনা পেনা চাংয়েং ( Manik Gold Medal Pena Competition ) হাঙ্গনা মথং মথং চহী অহুম পাঙথোকচখিবা অহুগী শকলোন অমনী। শকলোন অসি ঐখোঙ্গনা হেক নীঙ্‌ঙকপদা নমহুনা শেম-শারগা পুথোকপা অহুদি নৎচদে। মনিক সনা তাঙ্গ মনা পেনা চাংয়েং পাঙথোক্লবগী চৎন

পথাপ শেমদা চহী ৫/৬ কারনা হাটবদি চহী অহুম অমনা চাংযেং চহী অহুম অমনা 'কুম্মৈ লৈনা পাওথোকপা হাঙনা লৈবনা কুমশি ১৯৭৯ ইংদগী মীৎয়েংবাক মরিক পেনা কুম্মৈ হোজবনী চংন পথাপ অসিগী থোক্তোকপা বাইন্দোকতি পেনা অশৈবশিংগী মরক্তা চা যেদি যাওমিন্নদবা কুম্মৈ ওইনদি শক্তম শোক্লিংবা যাওদবা নচে, অদুগুম্বা উজা অশৈবশিং অতুন থ্বাই অমাগী থৌগল যাংজন বগী খুদোং চাবা অতু পীনব হোংনজবনী। অতোপ্পা অমনা কনা-গুম্বা মনিক সনা তাঙ্গমনা যংশ্রব অশৈবা অমনা মথং চহী অহুম শুদ্রবা ফাওব পেনা চাংয়ে যাংবা যাদে, অদুগুম্বা অশৈবা উজাশিং অতুনা পুং খুই অমাগী থৌগল তৌজবা যানব থৌরাং অমা ওইনা মীৎয়েংবক পেন কুম্মৈ পাওথোরচবনী। থৌরম অসি লাইংইশ্রব উজা নাংঙ্কন সিংশি পাওথোকপদা লাওজবা থৌরম ওইবন লান্থোক্কদবা খুদোংন অসিসু উজানা পামজবসু থৌরম থৌওং অদুদা লাওজবনী।

অরাম্বম নিপামচা
প্রেসিডেন্ট
ইউনিভরসেল লিটরেরি এসোসিয়েসন,
মনিপুর।

তাং ১৭/২/৭৯ ইং

# খুমন নিংথৌ তাওদনবা

পুথোকপা অমদি শক্নদবা—
তোংব্রম বীর

পোইরৈ থৌবাল লমদম মরমথৈদ পাল্লম্বা নিংথৌ খুমন নিংথৌ তাওদনবা লৈম অনি লোললমমে, মরম অহুদগী খুমন তুরোনব ও তৌনা কৌএ। কোরৌ নোংমগী মুমিত্তা খুমন অপোকপা থৌনিগে য়ারৌ লাইশা তাল্লুগে হায়দুনা লংমাই নিংথৌগী মশাইগোন তমদুনা থোঙশাল্লক্লে।

খুমননা হৈবা মহৈদি অঙকপনি, মশানা চীংথোংদা ফমদুনা লৈরগা তেনথাওদগী তেন অমা শংলগা মচিন্দ লাইবা শোল্লগা য়ারৌ শা অমা হোইক্ল হায়না থারক্লে। খুমনগী তেনশিনা অমমলোক মম্নুংদগী য়ারৌ শা হোয়গে হায়না পাইশিনখ্রে। সোমদা খুমননা লোইবী চীংথোংদা য়ারৌ শাদুগে লুমদুনা লৈহৌরে। চীংঙ্গু লাইগী নোংদমথোল কনানা খংগনি পন্থৌশিংবু।

বাংলেন পুংক্ষম অসিমক্তদা ফুনান নিংথৌ তেনহৈবস্থ য়ারৌ শাদানবা লাকএ, মতমদুদ লম্লেন পোইরৈ চীঙ্গোন্দা ফমদুনা তেনথাওদগী অথৌবা তেন অমা শত্তুনা শা অমা ফাদুনা পুরকউ হায়দুনা তেনচিন্দা লাইমিং অমা শোল্লগা কাপথিবদা য়ারৌ শা

অমা থায়গা, শা অহুবু পুহ্না লাক্লগা ফুনাল নিংথৌ মশাদ কং-হনবা গুম্বা মত্তিকনি। মতৌ অম্মম্না থুমনগী তেননা হোইরকপা শা অহুবু বাথরকপা পল্লুম্বা কৈরাওলাকপা অরিবা অম্রো লাকপা পনম্বা লংমাই হাগবয়া হাদচীং শেল্লোই নিক্কবরা নিক্ত চীং, তেননৌ য়োংকুম উতং কাপতু হুইথচীং লংমাই নিংথৌ কৈনৌ চিংশোম্বগী মশাইগোন লংমাই অমমলোক্কি লোকগুমাংদ থুমনগী তেম্না শাহোইথরকপদা ফুনালগী তেম্না গুথিবা লাকপদা বাইরা তেঞ্জৈ অনিসে মাইয়োক্লরে পম্মৌশিংবু। বাইরা তেঞ্জৈ অনিসিনা য়ারৌ শক্তি মচা অসি মুম্নবদা থেংনবদা হুইয়েন লান অসিদি অঙকপনি পলেম-পম্মৌশিংবু। তেন অনিগী লান্দি লাপ্ন লাপ্ন পাই-থোক্লে, অমুক অমুক পাইশিন্নে — থৌর থৌরবা মচিনসিনা থং-থং হেক্ত থেংজিন্নরকপা অথৌবা মচিন অনিসি পেন্দ্রেক পেন্দ্রেক হেক্ত তেক্লবা, ময়া খ্যাও খ্যাও হেক্তা কুম্নবা ময়া হেক কুম্বগা তেঞ্জৈ অনিমক্লা ক্রং-ক্রং হেক্ত পাইথোক্লরকপা কৈনা কৈনা থং-থং-থং-থং থং থং থেংনরকই! তেনজিনগা তেনজিনগা থেংনবা মশাগা মশাগা থেংনরক্পা মতমত্তুদ মৈথু য়াওদবা মৈরিক্লা লংমাই অমমলোক্তা হৌরম্বা হৈপাল-লৈপাল, উপাল-বাপাল, শা-উচেক, তিন-কাং, বাহি, মোম্নু, কৌজেং খোয়া খোংলি লাওরিবা পুম্নমক বা-বা কায়দনা মালেমদা চেম্মরক্লে। কোরৌদা পাইবনা পাইরে, জা-জা জা-জা জা খোংনা পাইনা লাওনা পাইথোক্লরকপা মতমদা থুমন নিংথৌগী তেম্না শা হোইদোক্লরকপবু য়ারৌ শাহুগে হায়হ্না লোইবী

চীংখোংদা খুপ্পুনা ভাইরিঙৈদা য়ারো শায়াম্না খোংন-লাওনা চেনখোম্লকপবু খুমন নিংথৌনা চেংলৌ মিৎ-থিৎনা উরবদা খুমম্না — হি! — করিগীনো হায়দুনা খুনিং মোইদোন কাংনা লোইবী চীং-থকলোমদা য়েংখৎলকপা মতমদা খুদক অদুদ ফুনান নিংথৌগী তেন্না খুমনগী তেনবু মাইথিবা পিরে খুংঙম থিনা ঙমদুনা য়ারো শা অদু মুনখরে। মতৌ অদু উরবদা খুমন নিংথৌনা য়াইবী কজক হৌনা শাওরদুনা তেনখাওদগী তেন অমা শৎলগা মচিন্দা লাইমিং শোল্লদুনা হাওকপ চীংশাং অনান নানকৌ খেন্দে চাইরেল ফুনাল মৈতৈ নিংথৌ কনাগী বাইরা তেম্নো ? মতিক চাওবা নিংথৌ অদুগী মমাং য়ৌনা পুরগা মমাংদা কক্তুনা থাদরুচো হায়দুনা খুমন নিং-থৌনা অশাওবগা লোয়ননা তেন অসি হ্রুং হেক কাপ্লক্লে। তেন্না য়ং-য়ং-য়ং য়ং-য়ং পাইশিল্লক্তুনা ফুনান নিংথৌগী তেন্না পুরিবা শা অদু মুল্লগা ফুনালগী তেন ময়াইদা চীক্তুনা পুথ্রগা ফুনাল নিংথৌগী মমাংদা খুমন নিংথৌগী তেন অদুনা মতুপ তরেৎ থোক্লা ককথক্তুনা থাদরে পন্থোশিংবু।

অদু উবদা ফুনাল নিংথৌনা শাওবনা পন্দোল লোমগ্রদুনা খুমনগী তেনবু ফারগা বাইরা খোঙ্গুল লিরক্লে। লংমাই চীংখোংদা খুমন নিংথৌনা ফমদুনা লৈরম্বা উবদা ফুনাল নিংথৌনা কোলোয় মপাউ হংলক্লে— "তম্বা নংবু কনানো, ফুনাল নিংথৌ ঐবু চেংলৌ শকথুংদ্রবরা ?"

খুমন নিংথৌনা পাউথুম্নক্লে— ফুনান নিংথৌ হায়বদো

তম্বা নহাক ওইরেকো — লোইবী তম্বা নহাক্তি পোইরৈ থৌবাল লমদমদা খুমন নিংথৌ অমা পাল্লি হায়বসি তাদবরা নহাকপু।"

বা অসি তাবদ ফুনাল নিংথৌনা হায়রকই—

খুমন নিংথৌ হায়বা মতিক চাওবত্থু তম্বা নহাক ওইরেকো, করে অত্থুদি ওসি কোরৌ য়াইফবা মমিং অসিদা ফুনাল নিংথৌ ইতিক থংজখরো? থাংদ পাম্বরা, তাদ পাম্বরা চাইন, খোংদ্রেন হায়নসি নত্রগা লিরুং তেন পাইয়ু। থবাক ইরম ফাংনসি। অঙম্বনা নথ্বাই ইথ্বাই লৌনসি।

ফুনালগী য়াবা মপাউ তাবদা খুমন শাওবনা লুত্তোন কাখিহুনা লিরুং তেন পাইথংলে। মমিং অনি অদে অথৌবা কোরিমুক তাংহুনা ফুনাল নিংথৌগী মথক্ত বাইরা তেন থারক্লে। ফুনাল নিংথৌ তেনহৈবনা থাক্ল-থাক্ল নোক্তুনা খুমনগী তেনবু লমথাংদ কাপ্লক্তুনা মাংহল্লগা অথৌবা তেন অনিনা খুমনগী পাম্বোম মরু অনিদা হায়জিল্লক্তুনা হুনতিক তিক থাবদা খুমন নিংথৌ চৈনা ফংলক্লবত্থুদ অচাকপা মৈদ ইকং লংশিনবগুম শাওরহুনা তেনথাও চেপতক লৈখরে — থারি চেংনা ফাজিল্লে। খুরু খুদক শনশা লৈদা কুন্দুনা শংপগা খোংবগা কাপপগা তেনমৈগা তেনকোক্কা, তেনজিনগা তেন্নাগা কুক-কুক ফুন্না কাপথংলক্লে। মত্থু উবদা ফুনাল নিংথৌ তেনহৈবনা খুমনগী তেন অসি উবদা মৈগী, ঈশিংগী, হুংশিংকী, লৈবাক্কী নোংহৌগী তেন অসিনা খুবাম খুবাম শত্তুনা কাপ্লকপনা, অনিগী তেন অসিনা কোরৌদা পুংফুন ফুন, মথাদ পুমম

মমখরে। কোরৌ মঙাল ফাওদরে, মালং নাকোই শিংখরে। অসিদস্থ নত্তে খুমন লানমী অকনবা ফুনাল লানমী অথৌবশিংসিনা নাকন অনিদা থাং পাইবগা থাং পাইবগা, তা পাইবগা তা পাই-বগা, চৈতুপ পাইবগা, চৈতুপ পাইবগা, খোংপাক্লা খুতুমনা, খু-জিনগা খুজিনগা তাপ শেৎ, অয়ো-অয়ো শিরে হায় উতুপ্না শুনরক-পসে অঙকপগী লাল ওইনা হুইয়েন লানথেংনরকপদা খুমন্না হেন্দে, ফুনালনা বাক্তে। অনিনা কাপ্পরকপা তেন অসিনা মশা-মশাগী থবাক্ত, ঙানকমদা, খ্বাংদা, পনশিংদা, লুরক্তা, তাংলক্ত, হুনতিক হুন-তিক য়ৈহুনা থানরকপা তেন অসিনা অনিগী মশা অসি কুরাংগী উনশা থবৎ থবৎ তৎলে। ঈতনা লৌখোং চেনবগুম ঈথেং ব-বা চেনথরক্লে পম্মৌশিংবু। অনিমক অসি শাওবনা লুত্তোন কানরে। খুমন নিংথৌনা তা খাংশু নহাবু তাপ পাইখৎলকপদা তাজিন্দ মৈখু য়াওদবা মৈনা খুতুপ ১৮ গী লম অসি ক্রি-ক্রি কাম্বা অতুবু ফুনাল নিংথৌনা উরবদা অচম্বা তা নত্তে হায়বা খঙলতুনা ফুনাল নিংথৌ মথুক্তা পাইরম্বা লিরুং তেন থাদোক্লে।

খুমন নিংথৌবু য়েংহুনা হায়রকই— ঙাইখো ঙাইখো খুমন নিংথৌ; ফুনাল ঐগীস্থ তেন য়াইরি য়াওইবা লৈ। ঐস্থ তেনতু পাইরবদি নঙগী ঐগী থবাইসে লংমাই চীংখোংসিদা মাংমিল্লরগনি ঙাইখো খুমন নিংথৌ হায়না খাম্ববু খুমননা য়াখিদরে। খুমন নিং-থৌনা হায়রকই। ফুনাল নিংথৌ নঙনা কিরবদি নথ্বাই পুহুনা নরানয়াইদা চেনখ্রো। নত্রবদি য়াইবী লৌরগে হায়বা তাবদা

ফুনাল নিংথৌনা ইকাইবদগী তেন য়াই ওইবা তেনখাওদগী তাপ হেক শত্তুনা লিরিদা থোংবদা তেনজিন্দা মৈরিনা ফ্রি ফ্রি কাম্লকপা খুমন নিংথৌনা ফুনাল নিংথৌগী মতিক থংলত্নুনা খুমন নিংথৌনা মাগা ঐগা শিমিন্নবা শোয়দরে অত্নুনদি খুমন ঐনা হস্থরগে হায়না রাখল তৌত্নুনা খুমম্না তা খাংস্নু নহা থম্লে। ভাইথো ভাইথো ফুনাল নিংথৌ তেনহৈবা ইবানি য়াইবী থরাই সাংদ্রিভৈদ রারম অমা হায়নখিসি হায়না খামমে। খুমননা ফুনাল নিংথৌস্নু লিরিদা থোংলুবা তেনদো তেনখাওদা হাপচিনম্রে।

ফুনালনে খুমননে অনিমক চংশিনবৈ। মথুংকা মথুংকা লাস্বা ফংনরবা কান্দা ফুনালনা রাহংলকই— খুমনদা খুমন নিংথৌ অঙম্বা ইবানিগী অরোইবা মতম অসিদা করি রারী শাখিসিগে! ঐনা ওসাই খাম্বদা য়াখিদবগী অসি থোকপনি হায়রবদা খুমন নিংথৌনা খুম্লকই— ভাইথো ফুনাল নিংথৌ নঙগা ঐগা হুয়েন লাম্থেংবগী মরম করিগীনো হায়রবদা ফুনালনা খুম্মী— ঐগী য়ারৌ শা ফাহনবা তেনবু খুমন নঙগী তেন্না ইমাং তান্না পূরক্তুনা মতুপ তরেৎ থোক্লা চিকথেক্তুনা থাদরবা অত্নুদ ফুনাল ঐগী অশাওবা মতোল লোমখিবনি।

রা অসি তাবদা খুমন নিংথৌনা হাইরকই— অঙকপনি হায় ফুনাল নিংথৌ খুমন ঐনা অশাওবা লুতোন কাখিবগী রা তাবো লিরগে খুমন ঐগী তেন অমা লংমাই অমমলোক মনুংদগী য়ারৌ

শা অমত্তা হোইদোকউচোহায়দুনা থাজিনখিববু য়ারৌশা হোই-দোক্লরকপবু ফুনাল নংগী তেন্না খুমন ঐগী ইমাংদা মুন্দুনা পুরে অদু উবদা শাওবনি ।

বা অসি তাবদা ফুনাল নিংথৌনা হাইরকই, ঙাইখো খুমন নিংথৌ নঙগী নফমদা অদুম্না ঐগী তেন্না লাললি হায়বদি ঐদি থঙ-হৌদে, ইবান্নীমক অশাওবা পরৈ নেম্নরসি পাথৌ হায়না মিংকৌ-নরসি হায়রবদা খুমননা ফরে হায়না হোইয়ারে ।

মথুং অনি পাইনদুনা ফম-ফম পুন্না ফম্মীন্নরে পম্ভৌশিংবু অশাওবা পুম্নমক নেমথনরে অনিদু তারা চাককৌসি হায়দুনা তরা চাক্কো ফুনাল নিংথৌনা হান্না কৌরে । ফুনাল মরানয়াইদা অহান্বা তরা চামিন্নবদা শন্নোং ফি ১০০ গা পুখম শেঙ্গা ১০০ গা অথেনপোৎকা লোইননা খুমন নিংথৌদা পিরকই ।

অদুগী মতুংদ খুমন নিংথৌনা অমুক ফুনাল নিংথৌবু তরা চাক্কৌবদা ফুনাল নিংথৌদা চরৈ ফি কোকয়েৎ ফিমু ১০০ শেৎনবা খ্বাংয়েৎ ফিমু ১০০ গা রূপাগী তায়েশেন শেনবুং অমগা খুদোন পোৎ ওইনা অথেনপোৎকা লোয়নননা শিন্নখি । অসুম্না ফুনাল নিংথৌ ১সুং খুমন নিংথৌ অনিমক লুনা-চান্নবা তিন্নরে । লোইদাম কুমসিং খর লৈরবা মতমদা খুমন নিংথৌদো লাইগী নোংদমখোল অমা মাগী থম্মোইদা চংখরে । ফুনাল নিংথৌনা ঐগীদা লাক্কবা মতম কুইরে, মা লাক্কবা তৌগে হায়দুনা খুমননা অথৌবা তেন অমা মচিন্দা লাইমিং শোল্লগা ফুনালগী মরমখৈদ থাখরে । তেন্না অরেপ্পা

লৈতনা য়ং-য়ং-য়ং পাইরক্লুনা খুমন নিংথৌগী তেন্না ফুনাল নিংথৌগী ইরাৎতুনা থম্লীবা ইশাইফুগী মঙকতু থবৎ ককথৎলুরে। মতম অদুদ ফুনাল নিংথৌনা খুমনগী তেনবু ফাজিল্লে। ফুনালনা মনাই নিপা ৫ বু খুমনগী মশাইকোন্দ থারক্লে। খুমন নিংথৌ ইবুঙো নতাও ফুনাল নিংথৌনা তরা চাককৌহৌই শংলৌ মথেল লুকোই লোইহৌরে। তরা চামিন্নসি লেংঙক্লবা য়াদে হায়রুচো হাইনা থারক্লে ফুনালনা।

খুমনগী মশাইকোন্দ ফুনালগী মনাইশিং থুংলরে, খুমন নিংথৌদা পাওদমজরকই— খুমন নিংথৌ ইনিংথৌ হয়েং কোরৌ সুমিত্তা নতাও ইবুঙো ফুনাল নিংথৌনা তরা চাক কৌজরি— লেং-বিরক্লবা য়াদে হায়রকই।

রা অসি তাবদা খুমনসু ফরে হায়না হাইরা হৌরে। ফু-নালগী মনাই তম্বা অদো হল্লক্লুনা থুংলরে — ফুনালদা পাউ তন্নরে। কোরৌ নোংঙাল্লবদা ফুনাল নিংথৌগী মশাইকোন্দ খুমন নিংথৌ থুংলরে। তরা মথেল লুকোইদো পুথোক্লুনা চামিন্নরে, খুমন নিংথৌগা ফুনাল নিংথৌগা অনিদো চাবা থকপা লোইরগা ফম্লাং লাংদ ফম্মিন্নরে মতম অদুদা ফুনাল নিংথৌনা বাহৌরকই—

— পাথৌ খুমন নিংথৌ ও! ঙসি কৌবা ইসুংশোয়, পাইম করি থুপচান, কিশি পরৈ থম্লিবা, পাইম করি সুঙাইতবা ফিগৈ শেংউ পাথৌও!

খুমন নিংথৌ— পাইম কিশি থাংজদে, মুঙাইতবা লৈজদে।

ফুনাল নিংথৌ— অদু ওইরবদি পাথোও! করিনোংগী অদুগৈ ইশাইফুদা তেন্দম্বা।

খুমন— রাবৌরনে ইতাও ও! খুমন নঙনা লাকমন্দ্রবদা খুমন নিংথৌ নঙবু লাক্লবা তেনদম্বনি ইতাও ও!

— নত্তে ইতাও! খুমন মতিক খঙংনবা মাল্লি। এসু নঙগুম্না অশাংবা পরৈ প্রমবাদ নঙগী নথ্বাই নমিদো কৌরগ ঐ অসিদা য়াইবী নথ্বাই লৌবা য়াবনি। অদুবু ইতাও ঐদি পাইম কিশি অমত্তা থমদে, মকুদ পাইম কিশি থম্ননুসি হায়বা তাবদা খুমনা কোলোই বাহানলকএ!

মসে তৌদি ইতাও ফুনাল নিংথৌ নঙগী অশেংবা নংকে খঙনগে ওসিদি, নহেনা ঐগী থবাই কৌবগা হাৎপা ঙমগনি হায়রবনিনা ঐগী য়ুমদা লৈহৌন্দি ঐগী তালোই অতোম্বী অদুগী মথ্বাই অদু ঐগী ইমাসিদা বৌরগা হাৎলো, ঙক্লবদি কাওরেল চান পিগনি হায়না শরি পন্দোল লোম্না বাশক্লে খুমন্না।

খুমনগী বা অসি তারবদা ফুনালনা ফরে ইতাও নঙ শাওরোইকো। খুমন্না শাওরোই হয়েংগী কোরৌ মুমিত্তা শল চাম শোইদনা পিগনি হাইরে।

অদুদি ফরে হায়দুনা ফুনাল নিংথৌনা মাগী ইশাইচফু মনুংদা খুমনগী মুপী অতোম্বী ঙান্নুরোল অতোম্বীবু মথ্বাই কৌদুনা তেন তম্লে। খুদক অদুদ খুমন মশাইকোন্দ ঙানুরোল থবাতোনবীদো

থা মাপলগী নৱা অমা খোইজি খাদ মিহুল তমগ্রবী অদুবু পিবুক-সুংগী নৱাগা লোয়ননা মপুক্তা ককথৎলে।

ফুনাল নিংথৌনা খুমন নিংথৌদা হায়বকই— ইতাও নঙগী তালোই য়াইবী মাংলবনি য়েংঙুরো ইতাও হায়রবদা খুমননা থাজদেদ ইতাও হায়রম্লগা হল্লক্লে।

খুমন নিংথৌনা মরাময়াই য়েৌরবকান্দা তালোই অতোম্বীবু য়াইবী মাংলম্বা উবদা মুমিদাংগী মতমদা খুমন লা-মী লোইনা কৌথৎলে — ফমথৌ মপাল মুনা তিল্লগা ৱা তাম্নবে। খুংগু খুংলাই শুনা পাইরগা ৱাইথৌ কুমনোমদ চরৈ ফিমু কুপ্পুনা মুপা চাম লৈরুচো, নিপা অনিনা ফুনাল নিংথৌদা শল লৌরুরো হায়না পাউচেল্লুরো অদুগা ফুনাল নিংথৌদো ফাদুনা পুরকউ হায়না ৱা তাম্মদুনা খুমন লানমী পুম্নমক ৱাইথৌ কুমনোমদা চরৈ ফিমু ফিরুক খুমদুনা তম্বা নিপা চাম লৈথবে।

মুমিদাংৱাইদা নিপা অনিনা ফুনাল মরাময়াই কাদুনা শল লৌরুরো হায়দুনা পাও তাকউরে। মুমিদাংৱাইরম য়েৌরদুনা ফুনাল নিংথৌনা লোইবী চিংদোন্দা লেপ্পুনা য়েংববু ফিমু খুম্বা মী ময়ামদুনা নোনথদুনা লৈবা উবদা কাওরেল শল ওইনা উথরে।

ফুনালনা ফরে কুমমসি হায়দুনা লানমী খরগা লোয়নদুনা হাইথরকপবু কুমনোম য়েৌরকপদা য়াচংবা তাবুম তাবুম্বা মতমদা থোক্লে। কাওবেন শল হোইগে হায়দুনা পাত্তা কুমথরক্লে। ফুনাল নিংথৌদো মনাইশিংগা লোয়ননা শল হোইগে চংলুবদা

খুমন লানমী ময়ামনা মখুত্তা খুংলাই পাইহনা কোইশিনগ্রে, ফুনাল নিংথৌগা মনাই লানমী ময়ামগা লোয়ননা খুমন লানমী ময়াম্না ফুবগা থিনবগা য়ানবগা অকনবা লান অমা ওইবে। মতম অহুদ ফুনাল নিংথৌনা শল হোইবা লাকপনিনা খুংগু-খুংলাই পাইরক্কবদগী মাইথিবা ফংলে। ফুনাল নিংথৌদা অঙকপা ফংলহনা লেপলিদৈদা খুমন লানমী ময়াম্না তুংবুন পরৈ থানা পূনখরে। ফুনাল নিংথৌদো খুমন লানমী ময়ামনা পুন্দুনা কাওরেল শল চিংবগুম চিংহনা খুমন মশাইগোন য়ৌরক্লে। খুমন নিংথৌদা কংলবে, তুংবুন পরৈ থাদোরক্লে।

খুমন নিংথৌনা হায়রকই— হে ফুনাল নিংথৌ তেনহৈবা নত্তিক চাওবা নিংথৌনি, লমখাংদ মাংশিগদব পাম্মুইদা পাথৌও! হায়বম্লগা খুমননা থাং খুবোম্বা খুৎতুম চেৎনা পাইহনা হৌগৎলক্লে। খুমন্দো মমিৎ অনিমক অথৌবা কোরিনা তৌবগুম উরু-উরু লৈবহনা ফুনালগী শম্লাং পাইরগা চিংথোক্লক্লে। খুমননা থাঙেনফমদা লৈরিবা মাগী তালোইগী মমাংদা চৈর ফি কুপ্লিবহু হায়দোক্লে। য়েংউ. ফুনাল নিংথৌ তেনহৈবা নঙগী তেম্না থ হনা ঐগী তালোইগা ইচাগা অনিমক মাংহল্লে। মহুগী লমনদি নঙগী তাংজ লুরেল করুগা ঐগী মংশৎ তানগেকো।

ফুনাল নিংথৌনা হায়রকই — ঙাইখো ঙাইখো পাথৌ হৌজিক্কি নখুৎ চল্লবনিনা হাৎনিংবা মতমদা হাৎলো। বাহৈসিদং তাখো খুমন নঙগী বাশক্কি মতুংইন্না নঙগী তালোই হাৎপনি।

রাশক ভাকপা ভমদবা খুমন নঙনিনে মহৌশা নপা নপুগী নমাংলা ?

খুমন নিংথৌনা থাকু থাক্লা নোংকুনা ঐগী রাশক কায়-ভনবদি নঙননি, ফুনাল নিংথৌ তেনহৈবা, ঐগী তালোইহুদ হাংলু হায়রগা পাবি য়াওনা হাংপনা খুমন রাশক কায়বনি। শাওগনু লাইনিং পরৈ চেৎলো হায়রম্লগা চোংশিন্দুনা ফুনাল নিংথৌগী লানু চোনমাই লৌখরে। ফুনালগী অশিবা মশাদো পৌবাল ভুরেন্স মপান্দ ফুমথরে।

ফুনাল নিংথৌগী অশিবা মশাদো তেরা পাম্বী ওইনা হৌ-রক্লে। ফুনফমদা তেরা পাম্বী অহুগী মনা মশা মচুম অহুনা ভুরেন্দা লাবগা খুমননা মখাদা ঈশিং থক্লুবগা খুমন পুম্বা শিবে, শিদ্রগা ময়া লোইনা কেল্লে।

মতৌ অসুম্ন খুমন পুম্বা পানবা, লৈব ভনদরে। খুমনগী পরাই পূম্নমক তোইব কয়া চেন্থ্রে। ভুরেন লাইজ ঈপাক্লা হৌবা বাপল অমবু ফংলুরে বা পাম্বী অসিদা উচি ওন্দুনা কাখৎলে। খুমনগী থৌরাই পুম্নমক অদো খুমন কাওব হিংভন্সু পোইরৈ থৌ-বাল থাদোক্লে। লম্লেন ময়াই য়ুম্ফান্দ খুমন কোন্নুং শাহুনা পানথবে, ভুরেলগী ঈশিং থকপা য়াদ্রে হায়দুনা পুথ্রে তৌখরে। পোইরৈদা পুখি তৌবা হানবদি খুমননা মহাক্লে।

। শৈরেং অসি তম্বীরম্বদি খুমনচা মনশেনবম থরোজাও পন্থৌনা তম্বীরম্বনি। লাকপিরকপদি শনপুফমদা লৈবা শমচেৎশাবম কালা মৈতৈনা তাকপিবনি — ইথোকচবদি রাংবন্দ লৈবা থোংগ্রামচা মীতৈ ১সুং চোনজোন মীতৈনা ইজবনি।

# ঈশ্বাইলৈম

পুথোকপা অমসুং শরুদবা—
লৈমপোকপম য়াইমা

সলাই তরেৎকী মনুংচনবা থুমন কংলৈ পুঙদা থুমন নিংথৌ কয়ানা চহি চা কয়া কয়া পালম্বদগী, থুমন কোকপনা থুমনদা নিং-থৌ ওইনা পানবগী কংলৈরোন হায়রিবা নিংথৌ অসি মতিক ময়াই লৈবা নিংথৌনি। শাগী শাথোং থংবা, লালগী লালথোং থংবা নিংথৌনি। মহাক্না উশিংপা কনা অমত্তা লৈতে।

নোংমগী সুমিত্তা থুমন অঙম অথৌ কয়ানা থম্নরকই। ঐথোয়গী নিংথৌ অসিবু তালোয় লৈত্তবনসু ওইরবরা থুমন ঐথোয়বু বানা থাঙলেদা কুমগী নোংচুদবনা মহি মরোং মপুং ফানা পানবা ঙমলকত্রে। পাং-কোম পুম্নমকসু ঈশিং লৈতবনা লৈম লৈঙা অমত্তা লৈরকত্রে। চহি কয়াবু বানা থাংথিগদগে হায়না অঙম অথৌ কয়াগা বা তান্নদুনা লৈরমই। থুমন কোকপা নিংথৌ চং-লকই। অঙম অথৌশিংনা ঙাংনরিবা বাহু তাবদ থুমন নিংথৌ ইকায়দুনা মাগী তারেননা শাবা হিয়াং-হিরেল চিংথোকতুনা অঙম অথৌ কনা অমত্তা হায়রমদনা মতোমতা শারৌ শাতানবা থোরক্লে।

লিবা তুরেল মরীল হেনগৎক্লে য়াবৌ শাম্ভ অমত্তা খেংনদ্রে হায়ত্বনা বাখল তৌনা হোনগৎলকপনা হৈবোক চীংদা পানবা হৈবোক নিংথৌগী মমোম লাংলৈম ঈরাইলৈমানা পলেম পম্বৌ অনিগী য়াথং লৌত্বনা লিবা তুরেলগী খোঙম্নুংদা ঈন্ চিংত্বনা লৈরমই।

ঈরাইলৈমাগী মশক উবদা খুমন কোকপা হিয়াং হোন্-জিনলকই। হায় ইবেম্মা চেংলৌ শকনা হেনবী নত্তাকপু লাই-বক ফবা পলেম পম্বৌ কনাগী মমোমনো য়ুমলেপ চারা তম্নরবা, তমত্রিবরা, মুজা কোলোয় মিংলেন করি কৌবগে?

ঈরাইলৈমনা খুম্নকই,— ঐবু পোকপা পম্বৌনা হৈবোক নিংথৌনি, পলেম ইমা হিরৈমা কৌই। থাজা য়োঙত্রিবী নিঙোল চম্নুরানি। য়াবা অত্থ তাবদা খুমন কোকপা মুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। ঐস্থ খুমন পুংগী নিংথৌনি। ঐগী ইমিংনা কোকপা কৌই। খুমন পুংদা চৎসি লৈপাক লৈমা হাপকে ননিং নথা ঙম্না লৈয়ু। খুমন কোকপগী য়াবা তাবদা ঈরাইলৈমনা খুম্লকই। ঙাকপীরিবা বাহৈ অত্থ ঐগীদি লাইবক ফবনি। অত্থবু পলেম পম্বৌ অনিগী য়াথং নত্রবদি নিঙোল ওইবী ঐখোয়দি ঈনিং ইথা তমজবা ঙমজদে। বাহৈ অসি হায়বম্লগা থুনা য়াংনা ময়ুমদা হনগ্রে। খুমন কোকপনা ঈরাইলৈমনা চৎখিবা মায়কৈ মুম্না য়েং-ত্বনা লৈহৌই। খুমন কোকপম্থ ঈরাইলৈমাগী বাখল খল্লত্বনা খুমন পুংদা হল্লকই।

খুমন অঙম অথৌ কৌথৎতুনা বা তান্নরকই, খুমন নথোয় ময়াম্না নিংথৌ ঐবু তালোয় য়ুমলেপ চার তমদে হায়রতুনা ঙাংনবা, ঙসি কোরৌ সুমিত্তা য়ারৌ শাতানবা চৎপদা নিঙোল চন্নুরা অমা থেংনরকই। পলেম পম্বৌ কনাগী মমোমনো হংবদা হৈবোক নিংথৌগী মমোমনি। মিংনা ঈরাইখৈম কৌই। মহাক অসি ঐগী তালোয় ওইরগে। খুমন অঙম অথৌ নথোয় চৎতুনা হায়রক্লবদা হরাও হরাও পীরক্লবদি কৈ, করিগুম্বা পিরকতবা থোক্লবনি ইকায়। অদুনা হৈজিং থরাই হেক্তা পুতুনা চৎসি। করিগুম্বা পিরক্লে হরাও হরাও পুরকসি। পীরকতবা থোক্লে ফাতুনা পুরকসি। অম্নুম্না খুমন অঙম অথৌশিংগা বা তান্নবা লোয়রে। খুমন মীয়াম্না হৈজিং থরায়দা চৈ-লৈ মশীং শুনা হাপ্লগা হি তোংতুনা হৈজিংপোৎ পুতুনা কারক্লে।

অম্মুম্না হি তোংতুনা লাকপনা লিবা তুরেলগী থোংবান্দা হি থুংলরে। মথোঙনা হৈবোক নিংথৌগী লৈফম তান্না লাকই। খুমন মীয়াম্না হৈজিং থরাই পুতুনা চঙলাকপা উবদা হৈবোক নিংথৌ ঙকপদা থেংস্লে। খুমন কোকপা য়াওরকপা উবদা হৈবোক নিংথৌ থোরক্তুনা তরাম তরাম ওকখি। হৈবোক নিংথৌনা কনাগীদমক্তা হৈজিং থরাই পুরকপনো হংলক্লবদা খুমন কোকপনা নমোম ইবেম্মগী দমক্তনি হায়না খুম্লকই। মাবু লৌগদবা সুপাদি কনানো হংলক্লবদা খুমন কোকপা খুম্বা ঙমদতুনা মরু লুক্তুনা লৈস্লে। হৈবোক নিংথৌনা তক্তুনা হংজিল্লকপদা খুমন কোকপনা ঐগীনি হায়না থৌনা ফনা খুম্লকই।

খুমন কোকপগী পাউখুম তাবদা হৈবোক নিংথৌ শাওবনা লুতোন কাপ্রে। অহল ওইরে খন্দুনা ঐবু উশিং থওইদহনা তৌ-রিবনি হায়বগী বাখল্দা পুপ্রে। হৈবোক নিংথৌনা হায়রকই,— "খুমন কোকপা! নহাক্কীদমক্তনি হায়না নচা ননায় অমত্তং ওইর-বস্থু থারক্লব্রবদি ঐগী ইচানুপী অসি নঙোন্দা থাজরমগদবনি! ঐগী ইরা তাদনা হৈজিংপোৎ হেক্তা পুহনা লাকপা অসি লান শিংনব-মাল্লে। নহাক্না ইচানুপী অসিবু পান্নবদি নোংমা নওগী নহুৎ শিন্বা মী অমা থারকউ। ঐস্থু ইচানুপীগী মন্না হৃংলমখিগে। করিগুম্বা মশানা য়ানিংলম্নবদি নঙোন্দা থাজগে। ঙসিদি নঙনা পুরকপা হৈজিং খরাই পুম্নমক অসি পুহনা নয়ুম খুমন্দা হল্লো।"

হৈবোক নিংথৌগী বাহু খুমন কোকপগী মপুক্কীংদা করিমক্তা নাচুংখিদে। মহাক্না খুম্নকই, "নচানুপীগীদমক্তা হৈজিংপোৎ পুক্ষম থোকই হায়হনা ঐগীদি পুরক্লবনি। পুরক্লবা হৈজিং খরাই ময়াম অসি লৌশিনগে লৌশিল্লোই নহাক্কী ননিংনি। মসি ঐনা খুমন্দা অমুক হন্না পুরুহনা কাম্নবা লৈতে। নহাক্লা ঐবু হল্লো হায়রবদি নচানুপী পুথোক্কনা ঐগী খুত্তা শিন্নরো মাগা লোয়ননা খুমন ইয়ুমদা হনখিগে। নচানুপী পুদ্রবদি ঐ ঙসি হনবা য়াদে।

খুমন কোকপগী উশিং থওইদবগী রাঙাং তাবদা হৈবোক নিংথৌ শাওবনা মশা থক্ থক্ নিক্লক্লে। "ইকায়বা খঙদবা নঙোন্দা করিগী ইচানুপী পীরুগনি। ঐনা লাল্লক্তবমক্ত ওইপ্রবদি ওইরবদি নঙনা পুরকপা হৈজিং থরাই পুম্নমক মুং ওল্লো।"

হৈবোক নিংথৌগী মীচৈ তাবদা মখোয়না পুরকপা ফিঙাই-রুক, খরাই লুকমাই, পুম্নমক মুং ওন্দুনা তারে। মতু উবদা খুমন মীয়াম্না কায়তুনা চেম্লে। খুমন কোকপা ইকায়বনা বা মচেৎ অমত্তা ঙাওলমদনা মরু লুক্তুনা ময়ুমদা হনথি। মথবায় মুঙাইতনা মহাক চাব-থকপা চঙখিদ্রে। করম তৌরগা ঈরাইলৈমবু লোম্না ফা-সিগে হায়না বাখল তৌবা হৌরক্লে। অন্তুম তৌনা মুমিৎ কয়া-নিমক্রম হৌদ্রে।

নোংমা খুমন কোকপনা তেরা পাম্বীগী মরু ফুক্তুনা চায়। মতু চারুবদগী মহাক মকোক ঙাওদ্রে, অক-কত্ত বাখল খনথিদ্রে। য়ু থক পঙুম্না অকি অথং লৈখিদ্রে। মসিনা কৈ কত্তে হায়বা খল্লা ঙম্লক্তে। ঈরাইলৈমবু ফারগে হায়না মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা খল্লক্লে। মনাই মশন কনাসু য়াওদনা মাগী হি-য়াং কৌবা হিতু তোংতুনা হৈবোক নিংথৌগী মশাইকোন তাম্না লাকলে। মুমিৎ অতু ঈরাইলৈমসু হৈবোক চীংগী মথাথংবা চীংতুম মচা অতুদা মতোমতা লৈ হেক্তুনা লৈ। ঈরাইলৈমনা লৈ হেক্লিবা মফম অতু তাম্না খুমন কোকপা হি হোঞ্জিল্লক্লে। খুমন কোকপা উবদা ঈরাইলৈমনা কদোমদা চেনশিগে হায়না ঙাইহাক বাখল তৌই।

ময়ুমলোমদা চেল্লবদি মানা হাল্লকপা য়াই খল্লতুনা খাই পঞ্জা চীংজিনলোমদা চেনশিনদ্রে। তুরেল মরিল তম্না হি হোন্দুনা তাম্নরবদি তাম্নবা ফংলরোই খল্লতুনা খুমন কোকপনা মাগী হি অতু লৈরায়দা চিংখৎলে। মকোক ঙাওবনা মমিত্তা মশেন মরাং উরক্লে।

চীংয়াদা হৌরিবা মপাল ঙৌনা শাংলিবা তুমনৌ অহুবু ঈশিং ওইরবোই নীংলুরে। মহু য়ৌনবা হি ইন্দুনা পুগে খল্লে। মহাক্না হিদগী কুমথরগা তুমনৌ মরক্তা হি ইনবদা মখোঙদা তুমনৌ মভোল অতুমবনা য়ুরে। মহুবু ঙাসেপ মচিনা য়ুবনি খল্লে। মহাক্না লুক-থহুনা ঙাসেপ কাবা লাকুরিঙৈদা ঈরাইলৈমদি লাই পত্রা চীংজিল য়ৌগ্রে।

খুমন কোকপনা মচানুপীবু তান্নরিবা অহু হৈবোক নিংথৌনা অরাপ্পদা উই। হৈবোক নিংথৌ শাউখিবনা খুমন কোকপগী মনাক তান্না চেল্লক্লে। খুমন কোকপনা চৎকম খঙদহুনা লৈরিঙৈদা মনাক তান্না মমাঙদা লেপ্লরে। হৈবোক নিংথৌনা চৈরক্লই, "হায় খুমন কোকপা। মশানা য়াদবা নুপীবু নমহুনা কাগনি হায়না হি তোংহুনা তান্নরিবা নঙগী হি অহু নুং ওল্লো। নখুত্তা পায়রিবা নৌ চৈঙাক অহুনা উ, বা ওইনা হৌরো।" হৈবোক নিংথৌগী মীচৈ কংবদা মানা তোংলিবা হি অহু নুং ওল্লে। নৌ চৈঙাক অহুস্থু উ, বা ওইনা হৌরে। মহু উবদা খুমন কোকপা শাওবনা ফ্রি ফ্রি কাম্লক্লে। হৈবোক নিংথৌবু মথুৎনা কংনা হাৎকে হায়না অকিবা লৈতনা হোৎচিল্লক্লে। হৈবোক নিংথৌনা, "নঙস্থু নুং ওল্লে।" হায়না চৈরক্লবদা খুমন কোকপা নুং ওল্লে।

# শম্মোম্মরোন কৈক্কং হাংবী

অইবা—

অরাম্বম নিপামচা

খুমন লৈকোইপুংদা পুনশিবা য়ুমোইবনা
লৈপাক মুরা তেমঙৈদা, মৈদিংঙু কোম্হৌবৈ মপারি
হোংনেময়োই খুনজাওনা খুমন নিংথৌ মগাইদা
তোল্ল-তার অমগুম শাইদাংজগে হায়রথি।
"কায়নৌ লাংজেং ফারবা তনবা নঙবু কনানো ?
করিমুং ইন্দাল্লকপা ঐগীদা চিংনগম্নু রাহন্মু।
হৈরেম খুনজান্দগীরা পোইরৈ মৈতৈদগীরা ?
পাচ' শলাই ভাকউ'' ভাকপীরকলে নিংথৌনা।
"লাইরেন উরা কোম্হৌবৈ বাকালেন তোংয়ায়নী ঐহাকসে,
শেল্লোয় সনা চীংদা অচোং য়ুমলেম্বম নিঙোল
শমলা লংমাই নিংথৌ চম্নু পীতংঙা লৌথিবী,
তল্লা'মত্তগী চেক্লাগুম লৈথোক'মত্তগী লৈরাংগুম
য়িমকাজত্নুনা লৈবনী মুরা ইনেমচাগা।
খোয়দাননা লৈনজৈ অপোকপা পম্হৌগী মায়োক্তা,
অহন্নুংগী পম্হৌনা শেল্লোয়'চাবু খাশীৎনৈ;

ঐবু খোয়শাওনহুনা লাংহৈ কয়া লৈরকই ॥
কৌবা ঈরোঙখোংদা, শেল্লোয় লানয়াম-'য়াওবশিং
হুয়েন লান্দাক্লবদে মরান ওন্দেরকপদা
লানয়াম-লাম্থো'য়াংবনা লাইরেন মৈদৈংঙু ইপাগী,
ঙম্ন লুরক কাংদৈথি খৌনাউ লোম্থোং লেল্লুরে।
থিঙেন তাইনা'ঙমত্রগা নাশিখোংদা তাইনবা,
কাপমন খৌরগা লম্মুন থৌই হাঈবগুম—
শেল্লোয়'চাশিংনা লনশিংগে শকমু লেংখোংনা
তিমেন ঙানোই চোং কোঈনা থিরকলে ঐহাকপু।
ঈচন ঙাগুম কোঈররে নুরা মাগী মরান্দা,
শেল্লোয় মথি নাইনা লংমাই মরাং হৌররে।
য়িমলেম শাইগং কোঈর'দা ঈশানৌ ইনেমচাগী
মবুকথোক মরৌশিংতনা য়াইবী কনবীরকপনী" ॥
তুবী ঈবু ওইগনী,— শকলেন মঙান নাই;
পাঈমা পীবুকম্নুংহুদা খল্লি খুমন নিংথৌনা।—
"পারি নঙবু ইবুংঙো! মৈদিংঙু উরা কোম্থোবৈ
মপারি হোংনেময়োই খুনজাও য়াইমবা.—
শেল্লোয় অমম লৈশারোক লংমাই হান্ন শাব চীং
চীংলেন খুলামথাম মঙম তরং বাংবচীং
শেল্লোয় চীংদা পানবা শমলা লংমাই নিংথৌগী
মমোম মদোম ফুইজবী পীতংঙা লীকলু লৌথিবী

তালোই তুইন তম লংমাই মুন্নিনবত্নকো !
লমলানবনী খনগম্ন ফয়ে ফয়ে লৈয়ুকো !!"
ঙরাং-ঙসি-হয়েং মুংবুম কয়া হৌখিদ্রনা
লোইদাম কয়া হাঙ্গৈরকলে খুনজাও' খুমজা লৈবসে।
নোংম মুমিৎ'মক্তুবু চিনবান মকা লামজদে,—
মশানৌ পীতংঙা লৌথিবী কায়নবগী খনবনে,
মুরা'ই মেল্লোং উরুরে — তেরান শক'না লেনজখি ॥

* * * * *

অদোন নিংথৌ পুনশিবৈ মথোম কৈরুংহাংবীনা
মপন' শিস্তাক তুংইন্না, লাইরেন মাগী পুকখঙনা
মুতি মুমিৎ খুদিংগী থৌগনজরকই খুনজাওগী
খৌরাংল'দা-ঈফুৎ'লাইজ, ওলাঙল'দা লিরি খমকোন,
লাম্ন'দা-তরা ওইবা কৈরুংহাংবীগী লীচৎনী।—
মশাবী থাইনা মৈনা বাংবন মৈগুম শারম্বা,
মথঙলেন চেংলৌ উনিংবনা লাইজ ঈখৌগুম লাংলম্বা,
নিঙোন কৈরুংহাংবীগী মুংশি উরুম ফংদ্রনা
ওলাঙ মৈশা কোকলক্লে মুংশি ঈরিক ফংদ্রনা
খৌরাং মৈচাক কাউরক্লে হোংনেময়োই খুনজাওদো॥
মমোম পীবুক খঙলবা খুমন নিংথৌ পুনশিবনা
নোংমা কোয়ৌ মুমিত্তি তুবী খুনজাও য়েংদ্রনা—
"লাইরেন নঙবু ইনোংয়াই ! নশানৌ নঙগী পীতংঙা

শীংলেন শেংনরা লৈরাং খাইনরবগী
পাঙমা পীবুক মুংলাংবা খঙই-খঙদ'নত্তেকো,
লোইদাম মন্নুংগুই কুম্বা ময়াই কাবক্লবদা
লংমাই চম্নু মহাকম্নু তুবী নগাই কান্নদা
শাম্নু ওইরম ফমশনো; নোংয়াই পুংসিদা লৈরিঙৈ
ইমোম ঐগী খয়োয়বোন লাইরেন কাদ কাওজনগে।
তুবী নঙবু পুয়োকে নকুম নাক্তৈ থাফরোই
লংমাই তেংনা য়িমকাবো তাল্লোয় ল্‌মলেন হাঙফবোই।"
অদোন নিংথৌগী ময়াথং কোরৌনোংদ কাদরে,
মালেম লৈদ তাদরে লাইবেন মানা লনকুবে॥
তুবী থমং লৈমাচা হোংনেময়োই খুনজাওদা,
মুমিৎ-থাবা'শেংবদা খাথা থন'লাইথা তিন
মবান লুহোং থোঙদোংলে পুনশিবৈ মমোম খয়োয়বোন,
পায়মা উনবী খোয়দানৈ খুনজাও-কৈরুংহাংবীদো।
নোংমা কোয়ৌ মুমিত্তি হোংনেময়োয় খুনজাওদো,
ফকলাং লোনজা মতাইকাং শেল্লোয় পল্লিৎঙৈহুদা
ন্‌বা মনেমচা পীতংঙা লীবলু লৌথিবী মহাকপু
খুজেং পালোইলাক শমলাং তোনগা না ন
থজাই লেংলোই চুপ, পিরেম মবাং হৌনা
মুংশি পোম্বী চিলওক্লথিবা, মগুংলাংগী বাহৌবা,
অসি পুম্বা থল্লু'দৈ মিৎলু তরং হৌরম্বা

চেংলৌ মিথিংলুরে ন্‌ুরা কৈরুং হাংবীনা।—
"মোমন্থ নুজাগী ললওইবা ইশাবী লাইরেন মৈদিংঙ্‌ !
লীকলাই রাংগোন লৈমাচা রাংগোন নিংথৌনি নহাক্তি,
হয়েং-কংলৈ শুমতোংপান লাংগোই শারোকপুংহুদা
ফম্মোই মিৎত ফম ফলাং মৈদা তোংবন্থুং,
ঈচেম লাইবক চাউবী নোংবাল্লোন চন্থু পীতংঙা
তুবী ওইরম ফমহনসি মৈতৈরৈমা ওইশন্থু;
ঙসি-হয়েং অসিদি নোংথোইহুনা লৈখিসি।"
খুনজাও লাইরেন হোংনেময়োম্ন-তাল্লোই মাগী য়বাতা'
হুয়াই শেনকোইনা মিৎলু ঈরম থৎচখি,
চিনবান মকারাম ল্‌ুমলেন খুজেং পালোইলাক
শমলাং তোনগা নান খজাই লেংলোই চুপ্পীখি।
নোংয়াই লৈকোয়পুংহুদা লাইরেন মানা শ ইদাংলকপা
লোইদাম কয়া হৌখরে লাংহৈ কুম্বু ওল্লক্লে॥
চীংহাউ লমশংপান লৈরাং তমলৈ ওল্লরুবগী
লোইদাম মন্থুং ওইরক্লবদা কেগে লৈকোইপুংদা,
খুয়োন হাওববু থিহুনা চিঙ্‌ু রাখোঙ শেং
তয়ান মরী থৎনহুনা অহোং কুম্মৈ তৌগনী,
অকা'চাবু লাঙ্গোই খুনেৎহন লৈপাক হুপ্প পাউজেনখী;
কেগে মপুংয়াইদা অহোঙ কুম্মৈ য়েংবসে
হোংনেময়োই খুজাওস্থ অদোন পুনশি'য়ুমোইবগী

হৈনা মতুংয়ান সনা মমৈ বাজৈরকখী ।
অহোঙ কুমৈ হৌঙম্বদা ঙাঙোই নিংথৌ লাখ্বানা
নোংয়াই পুনশিঁয়ুমোইবদা, হৈনা তুংইল্লক্লিবা
লাইরেন মাগী পাউহংখি. তুবী মাগী বারমচৎ
শিং শিৎনা লৌজখি চিৎথবা'মত্তা ভৌদনা ।
লাইরেন খুনজাও মহাক্কী শকলেন মঙান নাইনা
উনবী পুকনিং ঈংবহ্ন মিৎয়েং শানখৈরুবদা
পায়মা পীবুক হু,বহুনা, মমোম মাগী ইবাংলোন
লৈমা নামুন চাউবীবু লাইরেন মা'দা কাওজখি;
অওং-অউন তমজুনা নোংয়াইপুংদা থিনজখি ।
খয়োয়রোন'দি ইরাংলোন পম্বৌ'মত্তগী মমোমগুম
লৈখোক'মত্তগী লৈরাং ওই শাংখি পানখি খুমন্দা ॥
লাংহৈ কুমওল্লবদা, নোংমা কোরৌ অমদি
হোংনেময়োয় খুনজাওয়েং অদোন পুনশিবনা হায়রকই ।
"উনবী খোয়খং ভানা তাওদো নঙবু ইনোংয়াই !
তুবী য়োংনোংতা নোংদা লাইরেন পাখুংবগী
নয়েল্লুনি নহাকসে, লাইরেন নপম্মা নোঙ্গারবদা
বাঙম সনা লমদাংলেনগী নিংথৌ ওইগদ'নি নহাক্কি ।
লৈপাক মুবা তেম্ববা লাইরেন নঙদি খঙদবি,
হম্ন মম্বাই কা হনবা মরেং চল্লেদো
লাইরেন সনা মৈদিংঙু উরা কোম্বৌবা নপন্দো ।

পোম্বী লুবাউবা মপারি ময়ু পুংবান ময়িমনাক
লুরাং নিংথৌ পুনশিবদা পোইরৈ বারমলেন অরুবা,
লৈবাক সুরা তেম্ববা খওউ-ভম্ব" তাকপীরে।
সুমিৎ-থাবা অপানবদা হোংনেময়োয় খুঞ্জাওদো,—
নোংয়াই লৈকোইপুংদগী শমু খোঙশাল্লুক্লে,—
থুংখি লুবাং মকুবী চীংদা মচা মনাই লোইননা॥
হোংনেময়োয় খুনজাওনা লুবাংকাদা শাইদাংবা
লোইদাম থাবুশি লাংহৈ কুম্বু ওল্লবদা
লুবাং পুংবান পুনশিবা শজীক মতুং ইন
থবা মমৈ বায়থরে, চৈরৈ ফিজি হোংলাহন
লাইরেন মমোম বাঙমলোন কোরৌথক্কী তমথরাং
বাংবন শিফারাংন পান খিংলৌ চাউবা য়াহিপনা
লাইরেন শাংব য়াতাথি মবোং নোংশীং শুরহুনা।
হেকভাই পুংয়েংচেং পুংওন খোয়বু হোত্তুনা
কোরৌ নোঙ্গা থৌবু ওম্ন পাঙলে খুনজাওমা।
লকত্রোই নোংবু শাংলবদা, মৈদিংঙু উবা কোম্থোবা
অমন শিরৈ ভেংলৌর'দা, মৈতৈরৈমা নোংচেনশু,
লুবাং মকুবী চীংদগী মপারি লাইরেন খুনজাওবু,
"সনা তাঙবল হাঙফরোই" ফম্মোই মিংতা ফম্নবা
মদাইরেম্ন কৌহল্লখি ফলাং মৈদা তোংনবা।
হোংনেময়োয় খুনজাওদো তয়ম নাইনা থৌগনতৌ

মৈতৈ কংলৈ শুমতোংপান শারোকপুংদা খুংলখী ॥
খুনজাও' পোইরৈ খুনকাববদা, মদাইমেম খুনজা হৌ—
তয়ম নাইজ তিনবনা, মুমিং অরুবা থবা'শেংবদা
"মৈদিংঙু নাউথিংথোং" কোল্লোইনা লাইরেন খুনজাওবু
খাওম সনা লমদাংলেনগী তাওবল মপু থনথরে;
কম্মোই মিংতাকম কলাং মৈদা হোংখরে।
লো কলৌ ভকোপ কায়গুখী পীতংঙা লীকলু লৌথিবী
মৈত্রেমা ওইয়ু য়াদনা অমন নোক্কাপ্রবা,
খয়োয়রোন চপু নংবা কৈকং হুাংবীবু
"থমগুরোন চীংয়াইগু" কোল্লোই মিংবু থোন
মৈতৈ সনা তাওবনগী ওইরম ভানবী ওইজখি॥
পোইরৈ পুংখাও নিক্কা খাওম তেংনৌ চিদাই নাইদনা
লোইদাম থাবুশি লাংহে কয়া হৌপ্রবা—
লৈপাক মুবা তেমলকপা, নোংমা কোরৌ মুমিংতী
লৈমা থমগুরোন য়েংহনা হাজী লাইরেন নাওথিংখোংনা।—
"ইশানৌ নওবু তাও! ইমান খুমন নিংথৌদো
মৈতৈ নিংথৌ ঐগীদি পলেম পম্বৌ অনিগী
শমু 'শকপু ওইবনী, খায়র শাবু তান
হাওদৈ অথুম্বা বাংলৈ অয়াকপবু লাও,
কংলৈ মৈতৈপুং অহোঙ কুম্মৈ চাউনা তৌ
তরা কৌসি" তাকপীরে, মদাইরেম অনংফিহাইববু

নোংয়াই লৈকোইপুংদ থা নিংথৌ পাউবু খৌশীখী।
তয়ুম হৈনা মতুং ইন মদাইরেমনা মাঙদা বায়,—
নিংথৌ পুনশি' য়ুমোইবা কংলৈ পুংদা কারকলে।
মমান নিংথৌ থুংলর'দা লৈপাক হুপ্প হৌ
লাবা কক্রেং থাঙহাইনা অহোঙ কুম্মৈ চাউনা তৌ,
মরম লমলেন মদাইমা হাওরৈ থাংবাই পাংবগী
ফকমুং চীংগী চীংমৈদা ঈবোক লাইচম খুদিংগী
বারর শাবু তারখি;— তিমেন ভানোই চোং
য়াঙরো শাবু থিবদা চীংহু মাগী মখোয়াং
শঙম খোইয়া লীথুরে লৈপাক 'পুম্বা হরাওরে।
লৈপাক অহোঙ কুম্মৈ ওই, য়াংরো শাহু শাহুরে,
তরা চাকপু ছৌহুনা শংলৌ মথেন লাঙথরে;
তরা চাবা লোইর'দা হেকঙাই মপাঙ চাউনা
মমোম মৈত্রেমা য়েংহুনা হায়রকই খুমন নিংথৌনা।—
"ঙসি কৌবা নোং নখোয়না পীজ' তরা চাক
হাওদৈ অথুম্বা বাংলৈ 'য়াকপবু পেম্ম থক,
ইমোম নঙবু খয়োয়রোন তারো নঙসু লৈমাবা
পেল্লে ওক্লে নপা 'না পীগে নিরো নিনিঙবা।"
লংমাই তেংনা য়িমকার'দা নিঙোন কৌবা অহুনা
মপন মাগী 'কাদগী কাওজ 'উনপোৎ পাম্বদি
অমুক লোইব নহেদো।— মপন নিংথৌগী মাঙহুদা

-

খুকলু শনশা লৈদকুন, লৈপাক চোম্ন তিনবদা
মপন খুমন নিংথৌদা নিজৈ কৈক্লংহাংবীনা,—
"ঈপা ইবুংঙো অপোকপা! পম্থৌনা লনকুবীবনা
নমোম 'রাংপা লৈজদে, 'হুবু নিজৌ তাকশীরবনিনা,
লাইরেন নমাক ইবুংঙো কংলৈ তাঙবন' মপুনি হাঈ
লৈপাক খুঞ্জাদি থরতা; নিংথৌ শামান্ন' মাঙহুদা
হুয়াই পোম্বী শেনকোইজৈ তাঙজ থূবা মতৌনী।
ঈপাম-পম্থৌ' লমচাঙরেন্দগী লৈপাক খুঞ্জাগা লোঈননা
লমলেন মচেৎ থরদং পীবীয়ু পম্থৌনা নমোমদা।"
মমোম য়ন্না তারগা হাঈরকই খুমন নিংথৌনা,—
"পীদনকো ইমোম নঙবো 'হুবুনে নঙগী ঈরেমথাক
নোংয়াই নহু চাউত্রিবা মহাক্কী মশরুক খাক
রাঙম তেৎনৌ চিদাই নাইদ হাঈয়ু নিয়ু পীগনি।"
পম্থৌ মাগী মরনকু ফংজর'দা মমোমনে'—
"তাবীরো'হুদি অপোকপা! নমোম ওইবী ঐহাকনা
খুঞ্জা লমনিজবসে লমগি লমথৈ পনজরোই,
থিংলৌ থরোন ঙসিগী লালু চোমায় অকোয়বা
শঙম মকোক অসিবু লিনবাই ঈরীকলাইগী ঈ চেন্দ
থাদজগে তাউহনগে চেম্থসম্ন ঈচেন্না,
কোরৌ নোংবুম চুপ্পবু শঙম মকোক অসিনা
পনবা লমদম অহুকাও পীনবীয়ু নমোমদা।

থিংলৌ থরোন অতুগী অ৯তে শমু অরেমথাক
মক্কম 'সিদা ফুমলমগে, শঙম ফুম্মি 'শঙমফুম'
কৌবম্লগে ঙসিদৈ; কংলৈ চাদোন শুদোনগী
ওইহৌসন্নু লীহৌরাক" হাঙৈজে কৈরুংহাংবীনা।
মমোম রাবু তারগা হেকঙাই মপাউ চাউনা
লৈপাক খুঙ্গা য়েংদুনা, হাঙৈরকই খুমন নিংথৌনা,—
"তাবীরোদো ঙসিদি খুঙ্গা-য়াঙৈতোং খমদোংবা!
ইমোম মৈত্রেমা ঈমাক লাইরেন মৈদিংঙু,
মখোঙৈগী 'পাম্বা তুংইম্মা হাঙৈরি নিরি' রাওংসে
খুমন নিংথৌ ঐহাকনা য়ারে পীরে খঙহৌরো।"
লৈপাক 'রা' বু লাউনখি 'পেল্লে-পেল্লে' হাঙৈনখি॥
অদোন প্ননশি য়ুমোইবা মমাক-মমোম অনিবু
রারম মতোন লোম্ল'দা মুংশি পোনবী চীল্লোক্লববু,
মচা মনাই লোঙৈননা হনপ্রে নোংয়াই লৈকোইপুংদা
লহান কৌব নোংহুদা লৈপাক রারেপ রাথৈ'দুনা
থাদথিব শঙম 'কোক ঈরিন তুরেনগী ঈচেন্দা
ঙসি কৌব নোংদদি, হাওরৈ খানা পাংবগী
পল্লে তুরেন লাইথংফান্দা ওইনাম' খুনগী খুন্দোন্দা।
লৈপাক নিংথৌ য়েংনরে,— শঙম পল্লি 'শঙমপল'
নোংয়াই চাদোন শুদোনগী ওইহৌনবা লীহৌরাক
শঙম মকোক লোখৎলে; ফুমথি কৌরে 'শঙমফুম'

নিংথৌ পুনশি য়ুমোইবন মমোম কৈরুং হাংবীদা
খুমন লমচাউরেন্দগী লম মচেৎ খরবু
অউন লমওইনা পীথিবা থৌঙং-থোদৌ অসিবু
পেন্দা লিনখা থা নোংয়াই খোয়শাওনরবা,
তরা মচা খোমগ্নরা পুনশি য়ুমোইবৈ মাকলৌরেন
ঙাম্নু থুম্বী মপারি শেনবা মীমানবা মহাক্না
নিংথৌ পুনশিবৈ মথক্তা হুয়েন লানবু হৌখরে;
লান্দা মাঙ্গথীরহ্রনা মপারি-তাল্লোই পুরগা
চেনখী লৈথি লোইবী লৈয়ান্দা থৈহ্রনা।
পুনশি য়ুমোইবা চেনগ্ররবদা, শেনবা মীমানবা মহাক্না
নোংয়াই লৈকোইপুংগী ওইথি খুমন লৈমাবা।
মায়থীরবা পুনশিবা মপারি মমোম থাদোকলম
উনবী খোয়-থৈ তাদনা কাথি অমন শিওকলম॥
লোইদাম থাবুশি, লাংহৈ খরগী 'তুংদা—
পুনশি য়ুমোইব মপারি নোংয়াই য়োই থোংঙাইনা
পাগী পারেপ তান পম্নৌ মাগী লনশিংখি;
নোংয়াই মাগী পাইরৌরেন নাউথিংখোংগী মতেঙলো
শেনবা মীমানবা মথক্তা হুয়েন লানবু তাহ্রনা।
হুয়েন লানঙম্নবদা পিশাইরোক মপারি য়োইথোংঙাই,
পাগী পারেপ ফংজখি — ওইখি নিংথৌ খুমনগী;
নোংয়াই পুংথাঙ নিক্ত অদোন তেৎনৌ চিদাই নাইদা
লৈপাক মুৱা রাতেমথি য়েক্ক তিংখং লৈতনা॥

[ শৈরেং অসিগী রারী অসি চহী কয়াগী মাঙদা, নোঙ্গাথ্রবা উজা চুঙখাম মনিকনা লাইরিক ইবা ঐঙোন্দা লীবীরম্বনী। উজাগী মিংদা পেনা কুম্মৈ তৌজবসিদা শকহন শোঙ্গহননিংহ্রনা পুথোকচবতনী। অরান-অত্নই রাওবা তাকপীরকপদ নোল্ল ক্ল লৌজগনী। ]

# খুমন মুবা নোঙ্গা ফবা

পুথোকপা অমসুং শকদবা—
**লাইশ্রম লৈবাকমচা**

খুমন নিংথৌনা খুমনদা পাল্লিভৈদ খুমন কংলাদ লৈবাক চাওবসু খুমন ঐখোয়না হেল্লি, হায়না বাত্তাল্লৈয়ে। অদুবু মোই-রাংনা চাওখৎপা হেল্লিবসি করিগীনো থেম্বী খল্লোঙবা অঙম্বনা হাইরকই - খুমনদগী মোইরাংনা চাওখৎপা হেনবসে মখোয়গীদমক ওইন হি-য়াই চেনবা পোৎ অমা লৈ, মতুদি করিনো হায়না খুমন মীয়াম্না হুংবদ — থেম্বী খল্লোঙবনা খুমন মীয়াম তানবা লাওখি। ক্নাক পীতম্বর হায়বা অদুগী মউম্না তিঙবা পুং অমা লৈয়ে মতু লৈবদগীনি। মতু তাবদা খুমন নিংথৌগী মনাই মুবানা মতু ঐ লৌ-রুরগে হায়রবদা খুমন মীয়াম্না নঙ মতু করম্বা পাম্বৈনা লৌরুগদোই-নো? মুবানা হায়রকই— ঐসে খুমনদগী ইনথোক-এ খুমনদা লৈবা য়াদ্রে অতুনা মোইরাং নিংথৌ ঐসে নঙগী নরৈবাক্ত শৈদাংতুনা লৈজরগে হায়রুরগে অতুগা মোইরাং নিংথৌনা নঙ মোইরাংদা লৈবা য়াদে হাইবদি হায়রোই মতুদ খুমন নিংপৌ ঙবোংবনা নঙনা মতুদ করি ওইদৌরিব ফিভমনো?

মুবানা খুমন নিংথৌ ইবুঙো ননাই মুবা হায়বা মুপা অসে খুমন লৈবাক্ত লৈহন্দ্রবনি ইনিংথৌ হায়বখ্রি। খুমম মীয়াম্মসু হোয়য়াগ্রে। ইমুংঙানবদগী খুমন মুবা মোইরাংদা শাইদাংদুনা লৈগ্রে। নোংম-নোংমগী মপু মোইরাং নিংথৌগী য়ানবা চৎপদা মবুথৌ থাংজিংনা থৌজানবিদুনা মোইরাং মীয়াম্মা খুমন মুবাবু লৈত ·াইর শাশিন্নরে। মপু মোইরাং নিংথৌনসু চাল্লে। কংলাগী ·সুংদা অশিল অরাংগী ফম মচা অমা হাপপিদুনা ফম-ফম মচা অমা · পতুনা চুম-শো কয়াসি শিন্নরে মাসদগী মানা মোইরাং মী-য়ামসিবু থাজনবা হায়দুনা খুমনগী অরোম্বা কয়া. থবক কয়া থৌ-·ক মশিং নাইদনা হায়দোকগ্রে মোইরাং মীয়ামদা।

ঐখোয়গী অরোনবা মুমিৎনি মসি খঙবসি মোইরাংদ শৈ-·· ·বা মুবা নত্তনদি থংলোই। ফরে, মোইরাং থাজনবা হোৎন-বদ খুমন ঐখোয়গী অরোনবা ·োৎ খর খঙহন্দ্রবদি মাগী বাখলগী ·ৌ·রোই থন্দুনা য়ুংলমলিবা ফিরালনি। মসি অতৈনা য়ুংলম্লীবা ··রাল নত্তে। খুমন পাখঙবনদি খুমন ঐখোয়গী ইরমনি থংনব-গীদমক্ত য়ুংবা ফিরালনি। খুমন মীয়ামশিংদো খুমন কোম্নুং তমগ্রে খুমন ·বোংবদা পাউদমখি। খুমন নিংথৌনা মীয়ামদা হায়খি। য়ুংজরসমু ফিরালদো হায়রিবা মোইরাং য়াইবুংদো পুররুবদি খুমন ঐখোয় চাওথৎলগনি। মোইরাং হুম্মগ্রগনি হায়দুনা খুমন মীয়াম পুন্নমক : মুবাগী য়াইফনবা লাইনিং পরৈ চেৎনখি।

মথং-মথা নোংম নোংমগী হৌখিদুনা চহি মতম শাংলক্লে।

মোইরাংগী হন্নাইরশিংনা মুবাদু থুমন মচা নাক্নে। মোইরাং ঐখোয়গী মী ওইরে হায়দুনা খনবা হৌনবক্রবদা অমুক্তা হেন্না মপু মোইরাং নিংথৌনা চান্নবা হায়দুনা থুমনগী অরোনবা কুমজা থৌদংগী ওইনান তাঙৈল পুত হায়বা পুংশিদা ফিবাল অমমম পাখংবদা কংলি। লমদা থাগী থাবুং পুর্নিমা য়ৌদ্রিবৈগী মঙ্গনদা কংপা হঙ্গুং য়ুংবা ফিবালনি লাইগীদমক্ত ওইনা লৈবা মুমিৎ তমা য়াওই। মসি থুমন মুবাদি থংই। মরম অদুনা মুংথিনদি শোইদনমক্তা ফিবাল অদো য়ুংলনি। মবম অদুনা মোইরাং ঐখোয়গী য়াইফনবগীদমক্তা অয়ুক্তা মুবনা লমজিংদুনা ফিবালসে য়ুংখোক্নে। থুমন হন্নাইবশিংনা মী-য়াম খরগা লোয়নবগা ফিবাল য়ুংগে হায়দুনা খেকপদা ফিবাল য়ুংদুনা লৈবমই। মদুদ থুমন মীয়ামনা খন্নখি। থুমন ঐখোয়গী নোংমদি মবুধো থাঙজিংনা লিলা হৌবগে হায়দুনা মুবাগী পুক্নিংদা য়াইপুং পুরগা চৎলগে থলহংখ্রে।

তালৌ লৈনা খেংলক্লবদা থুমন মুবা হৈংবলাক্দুনা কলা য়াইবুং থাম্লবা থোং অদু হাংদোক্দুনা মুবা তোনৈয় শাঙদা চংলক্লে। য়াইবুং মঙ্গদা য়াওরিবা হি য়াই চেনবা পুং কাক পিতম্বরগী মউন্না তিংবা পুং মচাদে থুমন মুবানা লৌথোক্লে। শমু নবদা চৈরনা-হোং শাদুনা মযুম থুমন লৈবাক ত্তম্না চেল্লক্লে — লম্লেন লোক্তাক শম্লক্লে, ইশাই মাপল ফাংবনি মোইরাং খোঙজিন থনম্লে — থবং খোঙ মাংওইনৈ, খজিং চিংলক য়েংওইনৈ — করাং চীংশাং য়েং ওইনৈ — উরাংপুং হিদেন তম্লকই; শুবন থাওবী শম্লক্লে, লৈচাং

কাচিন চঙলকই। য়েনজাও পুং য়েৎওইনৈ। তেরা খোঙ য়েৎ-লোইনৈ — কোনচাক খুনৈম ওইওইনৈ — অরা পললি মাংওইনৈ। উচিরাগী অরাংথংবা হিদেন তারক্লে। তুরেল চাংজৌ পাংলক্লে। খুমন মুবা লাম্বা চমদ্রে।

খুমন পাখংবনা খঙকই। মুবা নওনা পুরক্লিবা পুং অদো খুমন ঐখোয়গী পুং নত্তেনে। মোইরাংগীদমক তেংবানবা মপুনা খমম্বা পুংনি। রাকৈয় হি শাদুনা খুমন মুবানা তুবেল মপান্দা রাখল লংলা লংজিন পন্দুনা লৈরিবৈদা খুমন পাথংবনা হি ওইনা তাওথরকই। মতুদা খুমন মুবানা রাকৈয় হিসিদা লাল্লগে খন্দুনা হিবু চিংশিনলি। রাকৈয় হিদা কাখৎলে, তুরেল লানবা হৌরক্ল-বদা তুবেল ইয়াই য়ৌরক্লবদা পাখংবনা শাইওল্লিবা হি অতু লুপ্লে। খুমন মুবাদো ইরোইবগা তুবেল রাংম লান্থোরক্লে। শমু নমদা পোবা পুং অতু য়াওরিবা য়েংলুবদা পুং তাখ্রে, য়াওদ্রে হায়বা খংলে। মুবানা কুমথদুনা লুপ্পুনা কয়া য়েংই। পুং ফংবা লৈতে।

মসিদগী মান খুমন মীয়াম্ম কংলা কাখৎনরকপা ইন্নুং তানবদা কংলাদা মুবানা চংই। খুমন মীয়াম্মা মুবাবু উবদা হরাও থোকপা কৌশিল্লি। খুমন নিংথৌ তুরেংবনা মুবা য়েংদুনা রাহং-লকই। মুবা নওগী থবক্তু করম পেংববা তংবদা মুবানা — খুমন নিংথৌ পুন্সিবা তবাং কোপৌ চমিংকী তাংলৌ থেংবদা য়াইবুং চুজরক্লে। খুমন মীয়াম্মা হরাওই। মুবানা অমুক্কা হায়-জবকই — খুমন মীয়ানশ রাগী মখা চাবিথে খুমন অওম্ব থেম্বী

মেল্লোংবা মখা কমদৌবা, মুবানা ননাই ঐনা পুজরকপা পুংদে উচিরাগী অরাংথংবা ঈরেন্দা লুপখ্রে। থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক অমত্তা চিংদনা তমখিয়ে।

মুবাগী রা তাবদা নিংথৌনা খুমন ঐখোয়গী ঈরৈবাক্কী য়ুম অমমমগী মুপা অমমম থোক্কনা য়াইবুং থিদবা য়াদে হান্ননা লেপ্লে। মীয়াম্না মাগী মাগী চৈয়োম পুদুনা মুবানা তাকপা মফমদুদা য়াইবুং থিবা লাকুখি। মীয়াম চংদুনা খা-রাং পন থিংলে। ঈশিংলে কংবা ঙমদ্রে, খুমন পাখংবগী খোয়দৌদনী থোকপা ঈশিংনিনা কাম্লদ্রে হায়দুনা লুপ্পুনা অমুক থিগৎনরকপদা ফংবা কৌবা লৈখিদ্রে। ঈং-দনা কাখৎনরক্লে। মৈ তিক্কে হায়দুনা শিং য়েংনরকপদা ইনক নক্লা তেবা অকংবা অমা লৈবমই। থেক্কনা মৈ থাই, মদুদগী মীয়াম্না তেরাগী মৈতাম্না হিদাক থকুরুবদগী খুমন মখৈ ঙাওপ্লে। তুম্নো অঙৌবা উরুবদা ঈশিং চাওরে হায়দুনা হি তোংসি হি হোল্লু হায়দুনা খুমন মখৈ ঙাওনরক্লুবদা খুমন নিংথৌ ঙবোংবানা মাংলে হায়দুনা ঈপু থেম্বী থমলোংবা কমদৌনি হায়না খন্নখি। খল্লোংবনা তাইরেল মনা হেক্কনা ঈশিং চাইবদা খুমন পুম্নমক মরোল থোক্লে। ... মীয়াম্না মুবা হাৎলো হায়না লাওনরক্লুবদা খুমন নিংথৌনা মীয়াম্না থামখি।

ঙাইথো ঙাইথো মীয়ামশা ঈরুপপা চৈবা তম্বা মুপা কনা লৈবগে থিখিসি। খুমন মীয়াম্না খুমন মাইবা হম্বনা লুপত্রবদি কনানসু লুপ্পা ঙয়বোই হায়নরক্লুবা খুমন মইচৌ কৌরে। মাগী

মুপীনা চয়োম অমা শেমখিয়ে — তুমাই চাক্লি. শরেংথোইবী ঙৌদনা হাপই হৈ হৈরোল হাপই। চৈশু অমা পাইখি। মসিনা মাইব হম্বনা ঈরুপ্পমদাইদা মানা পুরকপা চৈশুদো ঈশিং মাপলদা য়ুংই। মতোল্দা মাগী চয়োম পুল্লি। হায়রিবা মাইচৌসে ঈরুপত্রে। লৈবাক মীয়াম্না ফিঙৌ ফৌনা য়েংই।

ঈশিংদগী ইকাওমক ফাওরক্ত্রবা করম ঙৌনী খন্নরিঙৈ ঙাজাদ উচি মচা অমখক্তা ঈশিং মমুংদগী চৈশু মতোল তম্না চোং-থংলকখি। মাইবা হম্বগী মুপীনা য়োম্নকপা চয়োমদা উচি মচাহুনা লোইনা চাথোক্লবগী মতুংদা লৈবাক মীয়াম্না করম্বা মওংনো খন্নখি। ঙাইহাক্কী মমুংদা থোইবী নিংথৌ হায়বা খোই ওইহুনা পাইখি। ঙৈহাক্কী মমুংদ অহল অহুগী মনাদ শিবা নাশিদো ঈরোন পুংদগী তাংওখংখি।

মাইব হম্ব শিরে খন্নরক্ত্রনা থুমন নিংথৌ ঙবোংবনা কান্নর-রোই লৈবাক মীয়াম্না, মাইবা হম্ব তশেংনা শিরবনি। হায়রিবা য়াইবুং অসি কৈদৌমুংদ ফংলরোই। মরম অহুনা হায়রিবা ঈরেল 'সিগী কোলোয় মমিংসে উচিবা থোইদোমপান নাশিডাও ঈরেল হায়না মীংথোল্লগে। হয়েং পোইরৈ ঝাংম শুদোনকাওবা তেরা হায়বা উসে থুমন ঐখোয়গী য়েনহেল তরেৎকী মমুং চম্বনে খং-হৌরো। থুমননা তেরা চাবা য়াদেয়ে।

মসি লোইবদা থুমন মীয়াম্না মুবা হাৎলো হায়হুনা তান্নরকপদা থুমন মুবা নমহুনা ফারে। ঙবোংখাওদা মুবা নম্নে। তুরেল মরিন্দা থাদখি।

মসি লোইরবগী তুংদ থুমন পুম্নমক্না থুমন মুবা শিরে হায়-বদো মুবা শিরমত্রে হায়রুনা অনি তিল্ল ঙাংন — অহুম তিল্ল শোম্ন ঙাংনরে। মসিদগী থুমন নিংথৌনা মুবা কৌথংলু হায়বদো মুবা থুমন চৈয়াক কংগনি খনবদা মুব' কংলা কাখিদে। মরম অদুনা নিংথৌনা থুমন মুবা হাত্তবা য়াত্রে হায়রুনা মীয়াম হৌদুনা মুবা তাম্নরকপদা তাউবা হুই অঙাংবদুগা পুম্না চেনখিন্নরকপদা হেংবাম্বনা নঙদি লেম্না মাংবা য়াবা নত্তে হায়রুনা অকনবা নোংলৈ-নুংশিং অমা শিংকংলক্লুনা মুথ'বু পুথংখিদুনা লৈরাং লৈনম ওন্দুনা মপু থুয়া খাদ তিনখিয়ে।

মরম অদু লৈবদগী থুমন মাইবম ঈরেন মপাদা 'মুবা নোঙ্গা ফবা হায়রুনা ওসি ফাওবগী মন্নুংদা তাইবং মীয়াম পুম্বনা অরিবনা খাদ থংব', অনৌবনা য়েন্নিং লাকপা মতমদা লৈবাং লৈরাং লৈদুন তম্লিয়ে।

ওইনাম তাংলৈপুঙ, উচিব' খোইদোম পান্ন 'নাসিন্তাও ঈরেন অমন্নুং ঈথাই চিংজিনগী ঈথংনা মুবা নোঙ্গা ফবগী লেংদবা থুদমনি। থুমননে, কংলৈনে, লুবাংনে, মোইর'ংনে অসিগী মন্নুংদা থুমন লৈবাক্লা ইচাও চাওই হায়রিনয়েদ।

# নোংথৈথ লিক্লাং পরেং

পুখোকপা অমম্বুং শক্তদবা—

মোইরাংথেম রাজমনি

খুমন হাওরম লৈমু পুন্সিবনা খোবাল কাইথ লৈম, লোহ্‌না মুঙ্গোইহন, মুঙ্গোইয়াইমা, মুঙ্গোইতোন পোকএ। কাইর লৈমনা নাউথিংখোংদ লেপ্নে ঙাচং তানবদ লাইজ ইরোম্নুংদ লিক্লাং পরেং মমি তারে। নোংখৈ মউদা পানবা লিক্লি। লাইজ ইরোম্নুংদ লিক্লাং পরেং তারে হায়দুনা খুনগে লাক্লবদা ফংদ্রে। ফংদনা লৈরিবৈঙেদা কাইর লৈমগী য়াংলৈ তাউবা ছুইনা নোংখৈ মউদা খোত্তুনা খোঙএ। খোংবদগী করিনো হায়দুনা য়েংথৎলুবদা লিক্লাং পরেং মথক্তা লৈরম্মে। লিক্লাং পরেং হেক্লগা লৈমনা মোংবা মরানয়াই তাম্না পুরে। মপারি অহুম. পু অহুম কৌথোক্লে। লিক্লাং পরেং অসি পারি অহুমমক কনা পাম্বা য়াওবগে হায়না হংলক-পদা হাওরম মুঙ্গোই অহম্না হাঙগী লিক্লি পামদে, মুঙ্গোইয়াইমনসু হাঙগী লিক্লি পামদে হায়রে। মুঙ্গোইতোন লৌথিবনা ঐদি লিক্লাং অসি পামই পলেম হায়রবদা নঙগী ওইজরো হায়না পিরে। মুঙ্গোই-তোন লৌথিবনা লিক্লাং পরেং শিজল্লে, ফজরে, চেংলৌ শকারক্লে। মতিক ময়াই লৈরক্লে। মহুদগী লৌথিবনা লিক্লাং পরেং থমজিনপ্রে।

য়েংবা লোইবতুনা ময়াম্বুং অনিনা হরাওবগী য়েংলুবগী হল্লকপদা লাইমাংদা শাবা অগোই ফাজ্জদকো হায়দুনা বারী শাদুনা হল্লকপদা ময়াম্বুং মুঙ্গোই য়াইমনা লিক শিদুনা লাকপা উরে। লিক্লাং পারেং ককথৎলগে মাংহল্লগে হায়দুনা মুঙ্গোইতোন লৌশিবনা মথুংগী থাং-লেন শাদনা ময়াম্বনা শিবিবা লিক্লাং তম্না হায়থরকপদা লিক্লাংদদি পাহেল্লোদনা ময়াম্বুংগী তাংজ লুবেনগা, লিক্লাং পারেংগা পুন্না কেনদুনা মালেম লৈদ তাখ্রে। মসি উবদ হাওবম মুঙ্গোই অতম্না শানৌতোন মুঙ্গোই লৌশিবা কবি মতৌনো, পাইম লিংজেল থাম্লী, ময়াম্বুং য়াইমগী তাংজ লুবেল লৌসিবা কবিগীনো হায়বদা লৌশিবনা, যাম্বুং ইবুংঙো! অলেম ইমানা নঙাল্লোংদ লিক্লাং পাম্বা কংবদা লিক্লাং পামদে হায়খ্রগ অসি কৌবা নোংদা কবিনো লিক্লাং তাবু মুংদগী তদুনা পুবগা শিবম্বা উবদা লিক্লাংসিতবু মাংহল্লগে হায়দুনা লিক্লাং তম্না হায়থবকপদা য়াম্বুং য়াইমগী তাংজ লুবেল ককখ্রে। মশানৌ-তোনগী পাইম লিংজেল থাব মতৌ উবদা মম্বাম্বুং অতননা ঐ খুমনদ লৈবরোই — ইয়াম্বনা নঙবু যাম্না কিরে. মোইরাংদা শাই-দাদুবগে হাযদুনা ময়াম্বুং অতম্না কোয়দুনা চেনাথিববু মাঙ্গোইপু লম্লেন তায়না লৈতৌবে।

হাওবম মুঙ্গোই অতম্না তৌবলদ পুন্দরে। খুমুচন চম্না লৌদুনা পারেম্বা পোকএ। পারেম্বন পুবেম্বা পোকখ্রে।

টৈশ অ'স মুঙ্গোইদা লৈবা ওজা নিংথেম মরানা ভাকশীনি।

# খুমন চিঙ্গ্রোং খোঙ্গ্রাইবা

হুইদ্রোম মোহোরী (পেনা লমচা)

খুমন কংলৈরোন শৈশক্তি; অহানবদা খুমন্দা খুমন (চিংগ্রোং) চিঙ্গ্রোং খোঙ্গ্রাইবা হায়বা অদুগা; নিংনাং লৈমা হায়বা অদুগা অহল; অনিদুনা পু অদুম পোকই ১। হাওরম মুঙ্গোই অহল কৌই। ২। হাওরম মুঙ্গোই য়াইমব কৌই। ৩। হাওরম মুঙ্গোই অতোম্বা কোই। খো খোইনা পুরমদে। মতম অদুগী খৌরমদি লেমলৈ ঙারম ফাবনা খৌরম ওইরম্মী। নোংম; মচানিপা অদুম থনমলগা অহল অনিনা তুরেল্লুগী লমদমদা লেমলৈ ঙাচং তানব চংলি মফমদি মথক্তা হাইরিবা তুরেললুগী লমদম অদুনি; তাওব হুই অমগা লোইনদুনা লেমলৈ ঙাচং তানবা চংলি মুমিং চুপ্পা ঙা ফারকপনা লৌকা মতম ওইরদুনা অহল অনিনা তুরেল অদুদ খোং মথুং হামদোকতুনা মক্কি মরোন্দা পকপ লৈখোম লৈনা অদু ঈশিংদা চামথোকতুনা লৈরিঙৈদা অহানবদা ইবেন নিনাংলৈমনা মখোং মথুং হাম্বা লোইদুনা চাংজোদা ফমলৈ। অদুগা ইপু অদুনা ঈশিংদা কুমদুনা মখোং মথুং হামবা অদু লোইরদুনা কাথংলক্লে অদুদা ইবেন নিনাংলৈমনা য়েংবদা লৈরিবা তুরেল অদুগী চাং-জোদা পামেল উজাও অমা হৌরি। হৌরিবা উ অদু গীমথক্তা য়াম্না ফজবা লাইগী খুংশেম ওইবা নোংথৈ্র কৌবা লিকলাং পরেং অমা য়াম্দুনা অমসুং পানবগুম্না লৈবা অদু উরুরে।

লিক অহু উবদা ফজমনখিবনা খাই লাওইদা ইবেম্মাদা অহুদা মবুংঙো য়েংঙাগা তাবীরীবরা ইবুংঙো এংবিয়ু মাংদা লৈরিবা তুরেন লাইজা ইরোনগুংদা লিকলাং নোংথৈ, পরেং অমা তাহুনা লৈরে হাইহুনা হঙ্গৎ'চ; মশা নৌনা ঙাংবা অহু তাবদা থোঙ্গ্রো-ইবনসু য়েংথখিবদা ঈশিঙ্গী মনুংদা লিক পরেং অমা তাহুনা লৈবা অহু উরে; চুম্মী ইবেম্মা ঐসু উরে.

অহু ওইনবদি ইবুংঙো লিক অসি লৌথৎশি হায়জরবদা মমাংৗগী অরিবা মী ওইবনা; মথক্তা লৈবনি হাইবা ভাপ তাখি-দবনা; মশানৌগী বা তাবদা মপুরোইবা অহুনা হরাওনা য়াখি। খুদক অহুদা অহল অহুনা তুরেন অমসুং ঈশিঙ্গী মনুংদা লুপ্ত না মপুম থিৎপা মখৈ থিবদা মনুংদা তাবদি নত্তবনা ফংদরে অহল অহু শাওহুনা অমুক হন্না ঈশিং মনুংদা লুপথখরে।

মতম অহুদা অহল অহুগী অৱাবা মহু কনানা উরে। মখোই অনিনা পূরকপা তাওবা হুই অহুনা উরে মতম অহুদা হুইনা খল্লি ঐ অসি তাইবং মীরোন থোকলবদি মুংঙাইগদবনি; উ অহুগী মথক্তা লৈবা লিকনি হাইবা হুইদি থংঙি। মতম অহুদা হুই অহুনা; লিক অহুনা য়াল্লিবা উ অহুদা মখোং খোংমাং অনিনা খোৎলে; মচিন্না য়াম্না খোৎলে অমুক মবেম্মগী ফিজি অহু ময়ানা চিক্তুনা উ অহুগী মনাক্তা চিংশিল্লে নিংনাংলৈমনা করিগীনো হাই-হুনা উগী মথক্তা য়েংঙুবদা উগী মথকতা য়ান্দুনা লৈরিবা লিক অহু উরুরে। মহু উবদা ইবেম্মা অহু য়াম্না হরাওজরে।

মতম অদ্দা মবুংঙোনা ফাওগৎলকপগা মপা চারহুনা ইবেম্মামনা মপুরোইববু য়েংজরগা হঙ্গৎচৈ। তাবিয়ু ইবুঙো অমুক্তা ঙাইবিখো অসি হাইহুনা খাম্জ কাখৎপিরকলো কৌখৎচবদা; ইবুংঙো অহু কংফান্দা কাখৎলকলে। মতাং অহুদা ইবেম্মানা য়েংবিয়ু ইবুংঙো লিক্তি আঃ উগী মথক্তা পন্দুনা অমসুং য়ান্দুণা লৈরে; অহুগা ঐখোয়না ঈশিঙ্গী মন্নুংদা পংথখিদা খি হায়হুনা হঙ্গৎলে। ইবেম্মা করম্না খংঙি হংবদা ইবুংঙো ঐখোয়গী তাওবা হুই অসিনা তাকপনি হায়না পাওখুম্জ।

মুংঙাইরেদা ইবেম্মা হুইতনি মপু নিংবা হায়হুনা হুইবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎখি। অহুদগী উ অহুগী মথক্তা কাহুনা লিক অহু লৌথরুরে কুমথরক্লে। অহুগা করি হায়রক্লে ইবেম্মা লিক পাল্লম্মীবা উ অসিদি; মাগী মথক্তা লিক লৈরম্বা উবগী মমিং লৌহুনা হুইমিং শপ্তা শুখরা লৌরগা ঙশিদগী হৌদ্না পামেল উয়িন হাযনা খোল্লসি হায়দ্না পামেল মাগী মমিংবু তাইবংনা ঙসি ফাওবদা পামেল উয়িন হায়না কৌরিবা অসিনি।

অদ্দগী ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক লিক অদ্ পুদ্না অফাবা ঙা অদ্গা অমসুং তাওবা হুই অদ্গা লোইনদ্না য়ুম য়োনবা লাকলে; মীওইবনা হরাওনা চংপা শাজৎ পান্দমনিঙাই লৈ। মসিদা মীওইবগী শাজৎ লমচৎতা পেনা শকপনা থাবদা য়াদবা লৈতে। থারিবা মখৈ চানৈ। মতৌ অসুম্না লাকপনা য়ুম য়োরকলবা মতমদা মচানিপা পু অহুম লৈরমদে খুমন থাঙ্গা লৈকাইদা কোইবা চংখিরম্মী;

হুমিংনা তারমদাইবু মীতৈ পেনা শকপনা হুমিদাংবাই হায়না কৌনৈ। অদুনা হুমিদাংবাইগী মতমদা মচানিপা অহল হাওরম মুঙোই অহল লাকলে। অহল অনিনা মচানিপা অহল উবদা হরাও ২; তারাম ২; কৌশিল্লি। মচা অহল অদুনা খল্লি ঙশিদি পলেম পম্বৌ অনিনা ঐবু উরগা হরাওনা কৌশিনবিবা অসিনদি করিগুম্বা বাকম অমা লৈরম্বা তারে হায়দুনা মানম্ হরাও ২; চংলকই অদুদা মচা এংলগা ইবুংঙো ঙসি ইপাখোয়না লেমলৈ ঙাচং ফাবা চৎপা মতমদা লাইগী নোংদমদগী লিকলাং পরেং অমা ফংলকই। অদুনা য়াম্না কজবা লিকনি। অদুবু লিক অসিদি; নংনা অহম্নীনা নংনা হাম্না ফংফম থোকই হয়েং নংনা অহল ওইরবা মতমদা ননাও য়াইমনা অমুক ফংসন্নু; বা অদু তাবদা মচা অহলনা অমুক খুম্মী।

পম্বৌনা তাকপীরীবা বাফমদি। অদুবু ঐনা লিক অদু কয়া পামজদে হাওদনা শিগদবা লিকনি হায়না খুমখি; ঙাইহাক লৈরগা; মনাও য়াইমা হাওরম মুঙোই য়াইমা চংঙকলে; অদুদা পম্বৌনা অমুক হংঙি পারি য়াইমা নংদি কমদোই ইপাখোয়না পুরকলিবা লিকলাং পরেং অসি শিয়ুদনা হায়না হুংবদা মচা ইবুংঙো হাওরম মুঙোই য়াইমবনম্ ইরাম্বনা পামদবা হাওগী লিক অদু ঐসু পামজদে। হায়দুনা য়াদরে। ইকোন রোমবদা মচানিপা হাওরম মুঙোই অঙোনবা লাকলে। মচানা হুংলকই ইয়াম্ব- শিঙ্গা পলেম পম্বৌ অনিগা ঙাংনরিবা বাকম অদু করি ওইরম্বদো

হায়না হৎজরকই অত্থুদা অহল অসিনা মচাবু য়েংলগা পারী খোমলাং অতোম্বা ঙসি ইপাখোয়না লেমলৈ ঙাচং তানব চৎপদা লিকলাং নোংথৈ পরেং য়ায়া ফজবা অমা পোরকই। নয়াম্বা অনিদা মখোয় অনিনা অহলনি হান্না পীবা হৌনৈ হায়ত্থুনা পীবদা লৌ হায়বা য়াদরে; বাফম অত্থু তাবদা লিক অত্থু অমুক্তা য়েংজগে।

মচাগী বা তাবদা অহল অনিনা লিক অত্থু পুথোকতুনা উৎপদা হাওরম মুঙোইতোন্না থোইনা হেন্না পায়ে; ইয়াম্বা অনিনা পামদে হায়বা লিক অত্থু ঐঙোন্দা পীবিয়ু ঐ ফংজগে অত্থুগা মত্তমলৈবথিবিক্তা লিক অসি লোগে হায়বীরকনু। অসি হায়দুনা লিক অদু মানা ফংজরে অদুগা লিকলাং পরেং অদু হাওরম মুঙোই অতোম্বনা শিবদি নহাগা ওইবনে লিকনগা ফজবনে হাযনিংঙাই লৈতবা ফজৈ মসিগু পেনা শকপনা য়ামনা থানিংঙাই লৈ। অম্নুন্না লৈবদগী মতম থর লৈরগা ঐবু তম্বীরকপা ওঝা ইবুংঙোদা তাকপীরম্বা চুখাম শাগৈদা পোকপীরম্বা শ্রীলশ্রীযুক্তো যুক্তা শ্রীশ্রীইপুথৌ মনিক পেনা শংলাকপ্পা তাকপীরম্বদি। কংলৈগী কংলান্না উক্রোং হোংবগী বার্তোন লাকপনি হায়না তাকপীতম্বীরম্মী।

মীতৈ লৈবাক্কী কংলা উক্রোং হোংবগী বার্তোন লাক্লে। মতম অদুদি; খুমন চিঙ্গ্রোং থোঙ্গ্রাইবা কৌবা অসিদি য়ামনা অহল ওইদুনা চৎপা ঙমথিদে। অদুদা পঙ্খৌগী মহুৎ শিন্দুনা; মচানিপা অহল; হাওরম মুঙোইহলগা; হাওরম মুঙোই য়াইমবগা

অনি চৎপা তারবদা। হুমিৎ অহুদি হাওরম মুঙ্গোই অতোন্দী; মমাম্বিবা খুমনচা কাংকুপা খুমন থাঙ্গা লৈকাই কোয়বা চৎশি হায়না তেমশিংনয়য়গা। পলেম পম্খৌনা শোল্লবনিনা মহুৎ শিন্দুনা লেম্লৈ ঙাচং তানবা চৎখি। মতাং অহুদা ময়াম্বা অনিনা কংলৈদা চংক-দবগী মফি শেৎপদি লোইরে লিকতিশিনিংঙাই লৈতে।

মতাং অহুদা পলেম মমাদা চংহুনা হাইমা অপোকপী ইচিন ইনাও অনিনা পম্খৌগী মহুৎ শিন্দুনা কংলা উক্রোং হোংবা চৎকে হায়না ফিশেৎ লৈতেংদি লোইজরে লিক্তি শিনিংঙাই লৈজদে। মমাংঙৈদা ইনাও ইবুংঙোতোন্দ পিখিবা লিক অহু খরা শিজরুগে হায়জে। মমানদি মচাগী মচ চপ মান্নবনিনা শিরু শিরু হায়দো-কম্রে। বা অহু তাবদা ময়াম্বা অনিনা মনাওগী কাদা চংহুনা মনাওগী লিক অদু লৌদুনা শিরগা কংলৈদ চৎখরে। ময়াম্বা অনিনা পুখিবা লিক অদু অমত্তনা ঙাক্তা শিদে। লেং থাইনদুনা ঙাইহাক ঙাইহাক শিনহুনা কংলৈদা লাকখি। হাওরমতোম্না থাঙ্গা লৈকাই কোয়বা চৎলমদাইদা মাগী লিক অহু শিরগে হায়হুনা য়েংঙুবা মতমদা লৈরমদ্রবদ ঙমখৈ লৈতনা শাওখি। মমাগী মকমদা পাওহংজৈ। হাঃ পলেম ইমাও! নচা ঐগী লিকলাং পরেং কনানা শিখিবগে মচাগী বাবু তাবদা ইমাগী ইবুংঙো ইমাগী খোমলাং অতোনবা ঙসি ইচানা অহুম্না চৎথোককনি খংদবনা নয়াম্বা অনিনা মীতৈ কংলৈগী কংলা উক্রোং হোংবা হুমিৎনি পম্খৌনা শোল্লবনিনা মহুৎ শিন্দুনা চংখিবদা; নয়াম্বা অনি কাইদে, ইমাদা হৎলম্মী ইমানা [illegible] ।

মতাং অহুদা হাওরমতোননা মমাননবগী মমাংদা ইকাই হুংশিগা লোইননা থুমখি। চুম্মী ইমা ঐগী লৈবক ইয়াম্বা অনিনা শিদমা কনানা শিগদগে; বাদি অসি হ'য়রগা মাগী মরুপ অহু য়েংলগা; মরুপ হুংশিবা ঙসিদি তোকলসি হয়েং চৎলসি হায়-রমলগা মাগী মরুপ থনমলগা মথুংগু থাংশাং কিমুংদা পাইহুনা তুরেনলুগী লমদম তাম্না য়াংনা খোংশানখরে কনাগুম্বা অমত্তা থংহৌদে।

তুরেনগী চাংজৌদা কোবীশিংনাঙ্গি মরক্তা ময়াম্বা অনি ঙাইহুনা লৈখরে। কংলৈদা চৎখিবা ময়াম্বা অনি অহুনা কংলৈগী থৌরম লোইরহুনা। মচিন মনাও থুমন য়ৌবা থেংলগনি হায়হুনা হল্লকলে। নোংদমবনা তমখিব খেৎপা য়াদবনা। হুংথিন চুপ্পা লিকলাং পরেং অ, পু য়াইমনা শিরম্মী তুরেনলুগী মনাক য়ৌরকপদা মনাও য়াইমনা হায়রকই। তাবিয়ু য়ামবুংহল থুমন ইরৈপুংসু য়ৌগদৌরে; লিক অসি য়াম্বুংগলনা অমুক শিবিরো হায়হুনা ময়াম্বুংদা শিন্নরে; ময়াম্বনা লিক অহু শিহুনা তুরেন লাললক্লে। ময়াম্বা অহলনা চাংজৌদা কারকপা অহু মনাওনিপা অতোম্বা অহুনা উরে; মতম অহুদা ময়াম্বা য়াইমদি ঈশিঙ্গী ময়াইদা চিন তেংহুনা লৈ।

মতাং অহুদা মনাও অতোম্বনা চোংথরক্‌নাহায়, য়াম্বুংহল ঙাহাক্তা ঙাইবীখো। ময়াম্বনা শানৌদি মকম অসিদা করিগী লৈরম্বনো? মনাও অতোম্বনা অতৈ অমগী নচ্চদে নহানঙৈদা

ইমাগা ইপাগনা লিক লৌ হায়বা অহুদদি য়াত্রগা হুজিকতি করিগী লিকসি শিবিনিংবনো অহুনা লিক অহু লৈরিবা মখৈদি ইচিন ইনাও কৈদৌঙৈদা হুংশিনগদবা লৈত্রে মরম অহুনা লিক অহু মাংহনগে হায়হুনা ননাও ঙাইজরমলি। অসি হায়রমলগা মথুত্তা পাইরম্মিবা থাংশাং অহুনা ময়াম্বগী মঙকা লিক্লাংগ লোয়ননা কক্তুনা মালেমদা থাদখি অহুদা ময়াম্বগী মকোক অহুনা ঈশিংদা চবুং লাওনা তাখি হায়বগী চুম্বংলৈ নাম্বুং হায়না কৌনখি। থাংনা ককখিবা লিক্লাং চোইনা তাখি হায়বগী লিক্লাং থারোংকেন হায়না কৌখি। কোক্কী শম্মা ঈশিংদা চোইনা তাওই হায়বগী কোকচাই ঈশমজাই হায়না কৌখি। অহুগা থোকইবা থৌথোক অহুদগী তুরেন অহুনা; তুরেল্লু কৌরমবদগী শিববু খুমম্মা য়াঙ্গোইবা হায়না কৌনরম্মী অহুগা নোঙ্গীবু য়াঙ্গোই কারোং হায়না কৌনখি।

মনাওনিপা পু অতোম্বনা ময়ামবা অহল অহু হাংপা উবদা ময়ামবা পুয়াইম অহু তুরেন লানথোকতুনা হন্দুনা চেনখরে। ময়াম্বা পুয়াইমনা চেনখিবা অহু উবদা য়ামবুং য়াইমা অমুকতা ঙাইবীখো হায়তুনা থামবদা ময়াম্ব পুয়াইমনা ইবুংঙো নঙ্গি থম্মোই কনমল্লি। ইয়াম্বা অহল হায়বা অহু ইপাগা চপ মান্নে হায়রি ইয়াম্বা হাংপা ঙম্বা নংগী ননাক্তা লৈবা ঙম্মরোই ঐগী থবাই হিংনবা চেঞ্জহৌরগে। পু অতোম্বনা য়াম্বুং য়াইমা লিক্কী মরমদা ননাও শাওমনখিবনা লিক্তবু মাংহল্লগে থৌরাংবদা জ্ঞান তাহৌ-দবদগী ওইখিবনি। হুজিক্তি ইচিন ইনাওদা ঙাইহৌরে ননাও

কৈদৌঙ্গরোই। ইপা ইমা শোল্লক্লে; ইচিন ইনাওনা কর্ম্মা নরগা খুমন্দা পানমিন্নসি হায়না হঙ্গৎচৈ, ময়ামবনা য়াথিদে।

অছুনা পু ভোনবনা খুমন্দা হন্দুনা লৈহোৌরে। পু চেনখিছুনা তৌবুন্দা শাইদাংছুনা; কাইরেনজম নিংভোন পুরেমবা পোকই। পারেমবনা থুপপ্রবদা, পুরেম্বনা মো শাইদাংছুনা খন্না পোকম্রিবা অসিনি।

খুমনদা লৈহৌরিবা পু অতোম্বনা; অহল অনিনা পু অতোম্বনা পালহৌরে। পু অতোম্বনা হাওমু য়রবা কাক ভোন পাখা; নোংয়াই থেম্বী কাবা তা অসি পোকলমগা নো অম্না মথং মথং খুমন্দা পালহৌই। ☐

